ফোংদোকপী :— কমলা

মথুম য়েকপ : সমরেন্দ্র সিংহ

নম্ফম :— গান্ধী মেমোরিয়েল প্রেস

অহানবা কোংবা :— নবেম্বর ১৯৭৩

কোপী মশিং — ১০০০

য়ংফম :— লাইরিক য়েনবা হুকাম পূখা



সং পুঙ

মমল :— মথুম অপাবা :— লুঃ ৩৷৹

মথুম অথাবা :— লুপা ৫

# রোমকুন্দা শিকার

## য়াওরিবা

রোমকুদা শিকার

অহিং অমা

লক্নৌ ষ্টেসন্দা নোংমা

লৈমা শান্তি

মাগুলোংগী পাখঙ্ অমা

মকু রাংমগী লৈশা অমা

কাইনাদা বাস

অখুই লম্বী খেবু চীং

ইম্ফাল তমেংলোং লম্বীদা

ঐহাক লেপ্পমক মায়থীবে

মাগুলোংগী লম্বীদা

---

## রা অমত্তং

"রোমকুন্দা শিকার" অমস্তুং অতৈ রারী মতেকশিং অসি ঐহাক্না তেংনৌপল অমসুং [illegible] লৈরিবৈদা ইজখিবা রারী মচাশিংনি। [illegible] ইবা [illegible] কবিনো মুন্না থগৎজদে।

ঐনা ইজরিবশিং অসি [illegible] মণিপুরগী মিৎনা উরগদা থগৎগদবা মীওইবশিং [illegible] কলমনা ইবদা [illegible] মোবা ওমলরোইদবা চাং লৈবাক্কী [illegible] দশাশিং উকবদা পুরক্লগদা থল্লকপা থবক খোৎচিনজহৌবনি। [illegible] প্রেমীশিংনা মৈত্রবাক্কী চাং লৈবাকশিংসি উরগদবা [illegible] — [illegible] থাজবিবসি কয়াগী মতিক রারোইবা। অতুবু [illegible] লৈবাক মণিপুরগী শরুক থবগী দৃশ্য থবক্তং খোমজিনজবনি থনখ্ছুনা মৈতৈ সাহিত্য সুংশিবীবশিংনা রোমকুন্দা শিকার উবিনকপা মতমদা ঐগী হোৎনজবগী মহৈ য়াল্লে থগৎলনি।

সোনামনি সিংহ

ইম্ফাল
তাং ১৫—৮—৭০ ইং

# ৱোমকুদা শিকার

## অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২ | ৫ | থুগাহবা | থুগাইবা |
| | ১৭ | মোবা | মোম্বা |
| ১৪ | ১ | খাঙেকমদা | খাঙেনকমদা |
| | ১০ | কূমহু - ı | কুমহুনা |
| | | তর্পুম | তর্পন |
| | ২১ | ওইরুহুনম্ব | ওইরুহুনম্মু |
| ১৬ | ৪ | সেপ্তেম্বব | সেপ্তেম্বর |
| | ৭ | শ্যমা | শ্যাম্ |
| | ১৩ | থেঙ্গ | থেঙ্গু |
| ১৭ | ৭ | থোং | থোং |
| | ২১ | লৈবোং | লৈরোং |
| ১৮ | ৩ | ফজর | ফজ্জরে |
| | ৪ | লাংবা | লাংনা |
| | ১৯ | ১৬২ | ১৯৬২ |
| ২০ | ১০ | থর | থর |
| ২১ | ১৮ | মায়ঙকুরম্মী | মায়ঙকুরম্মী |
| | ২১ | রইটিংরুগী | রেইটিংরুমগী |
| ২২ | ১৩ | প্রোসেন | প্রোসেসন |
| | ১৫ | কদোয়দনো | কদোমদনো |
| ২৩ | ২২ | আগ্র | আগ্রা |
| ২৭ | ৪ | চ :র | চাইরে |
| | ১৭ | থোকখবনি | থোকখিবনা |
| | | নাহদনা | নাইদনা |
| ২৮ | ২ | করিও চা | করি অমত্তা চঙ্বা |
| ৩০ | ২ | মালিন | মালিনা |
| ৩৫ | ২২ | তাওনা | তত্তুনা |
| ৩৭ | ১০ | চঙ্লম্মী | চংলম্মী |

# অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৩৮ | ২ | খুন্নাকা | খুন্নাব্ |
| | ১৬ | শাওসনবা | শাঙবনবা |
| ৩৯ | ১৪ | উয়হুনা | উবহুং। |
| ৪০ | ৩ | মোল্লধা | মোল্লবা |
| | ১৯ | রাথলমু | রাথলস্থ |
| ৪১ | ৬ | হকচাসে | হকচাংসে |
| | ৭ | সোনলৌবাম | সোনপবাম |
| | | তপেংলোং | তলৌলোং |
| ১৩ | ১ | ড খিদ্রি | উখিদ্রি |
| | ১৬ | ক | কা |
| ৪৬ | ৮ | কলমসিম | কলমসিনা |
| | ২১ | থুপ্লবা | থাপ্লবা |
| ৪৮ | ১ | খন্দ | খুন্দা |
| ৫৮ | ১৪ | অর | অরা |
| | ২২ | শিংথুবৈ | শীংথুরৈ |
| ৬০ | ২১ | খোঙ্চত্তা | খোঙ্চৎ |
| ৬১ | ১২ | কৈশুম্না | কৈশুননা |
| | | শীংথুরৈনা | শীংখুবৈনা |
| ৬৫ | ১০ | মহান্তা | মহান্তা |
| | ১৭ | ঙাঙ্হাক্তা | ঙাইহাক্তা |
| ৬৭ | ৬ | কম্বীগুম্বা | কবিগুম্বা |
| ৭৭ | ৭ | মৈদিঙ্ | মৈদিঙ্ |

## অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ৭৯ | ১৯ | মানশোল্লবা | মানশোন্নবা |
| ৮০ | ১ | চাওসানগী | চাওলান্গী |
| | | হুত্বনা | হুত্ত না |
| ৮২ | ১৯ | কচা | চাক |
| ৮৮ | ৮ | চীংশাংগী | চীংশাংদগী |
| | ৯ | খোঙ্না | খোঙ্না |
| ৮৯ | ২০ | লংনৌ | সংনৌ |
| ৯০ | ৯ | লোংমৈ | লেংমৈ |
| ৯১ | ১ | অমসু | অমসুং |
| ৯১ | ১ | খুনজ | খুনজা |
| ৯৩ | ৪ | খাত্তি | খাঙ ত্তি |
| ৯৪ | ১২ | য়ুম | × |
| ৯৫ | ৩ | লোখ | লোক্ |
| | ৫ | য়োরম্লে | য়োরকলে |
| | | পুন্নক | পুন্নমক |
| | ১৫ | কাটাম্নাং | কাটাং |
| | ২০ | খাংলুকী | খাংস্নুকী |
| ৯৬ | ১ | চাওরারম | বাওরার্স |
| | | লাক্লনই | কটাংদা লাক্লম্মী |
| | ৩ | চওেরারমগী | বাওর্রাসকী |
| | ১৬ | লৈখিব্রে | লৈখিব্রবা |
| ৯৭ | ১২ | চঙ্খ্রে | চংখ্রে । |
| ১০০ | ১৮ | পাগনি | পীগনি |
| ১০২ | ১১ | নিংহিথকপা | সিংহিথকুপা |

# ৱোমকুদা শিকার

ইং কুমজা ১৯৬৩ গী জানুয়ারী থাদনি। তেংনৌপলগী অনৈবা হেডকার্টর ৱোমকুদা ত্রান্সকার তৌরঙ্গনা চৎলম্মী। অনৌবা এস ডি ওনি। ককলোং অমম্মুং ইগী অফিস মমাঙদা মচু অঙ্গমগী কৌরাল পাইরি—অফিসারগী য়ুম, ত্রাইবেল রেষ্ট কেম্প অমদা ওরইম্মী। মসিতনি ঙিঙ্গনা কুপ্পা কা মচা অনি লৈবা য়ুম। ই অমম্মুং ককলোংগী য়ুম মচা থর—মঙ্গুশিং অমম্মুং অফিসকী কেরাণী-শিংগী লৈফমনি। ৱোমকু থুপ্পাও মাইল অনিয়োম লাপকনি। মঙ্গু থর, পোর্টর থর, কেরাণীশিং পুন্না অফিসারগা থানা মী ৩০ (কুন্থ্রামুক) লৈবা মফমনি। ঈশিং ফংদে, মী তাদে, মুংশিং কন্না শিংলি, মরক মরক্তা নোং য়াম্না তাই। করম্না মফম অসি সবডি-বিসন অসিগী হেডকার্টর থম্মুরিবনো? থাঙ্গেশংবমক্তি জিওগ্রা-ফিকেল সেণ্টর অমদি ওই মেপকী মতুংইন্না। তেংনৌপলদগী মসিদা হোংলকপদা থম্মোয় কায়নথিদবা নত্তে। হায়নবা লৈ—ৱোমকুগী মমাকনিপা মহম্মদ তোগলোক্না থনখিবনি হেডকার্টর।

অঙ্গমকপু মীগী খুৎশেম চঙড্রিবা মহৌশাগী উমং, ফজবা দৃশ্য, চীক্লংবা লমদম অসিদা তঙনা শিংলবা মুংশিংকী মখোল, অথাম্নদা চেঞ্জিবা মেনা তুরেলগী ঈবাওখোল—হায়িনা নিং নিং খোংবা; -মরক মরক্তা শক্তি অমম্মু কৈনা খোংবগী খোঙ্গেলতনা থল্লবা—এডভেঞ্চর অমম্মুং ৱোমান্সকী মতিক চাবা মফমনি। ইখণ্ডা লৈরবা কাংদুদা তঙনা নীংশিংহল্লম্মী—"থম্মোয়গী অহু"।

খুনাং চাম্ভ্রিবা জঙ্গল লৈশাবী অমসুং চৌংদোংশিংদু হৌজিক মাঙ তাকুবগী মশক ওইরবা মীওইবগী সভ্যতা পুরকুবনি হায়রনা মথল শুরবা মীওং কয়াদা লম্বী শেমলি, উ য়াল্লি, য়ুম শারি, চৌং ককলি। হৌখিবা ইং কুমজা ১৯৫২ গী অনিশুবা লাম্জাওদা শেমং-লম্বা জীপকী লম্বী থুগাইবা হৌরক্লে—হায়গী জীপকী লম্বী—খোঙলম্বী ওলহল্লক্লে—অনৌবসু লোইদে। ভংথায় শুবা খোয়-জঙবা—খোঙ'না খুদোং চাদবা হেক্না অনৌবা হেডকার্টর অমা থলহল্লে।

আশা চাওনা অনৌবা থবক পায়খৎকে হোৎনরম্মী— ইলেক-ত্রিক খোরাং, রাটর সপ্লাই, পুলিস ষ্টেসন, জেল—অফিস কার্টর, মেডিকেল সেন্টর, স্কুল পুম্নমক পামলম্মী অদুবু মদু ফংননবা হোৎনবা অমসুং লিংখৎপদি অরায়বা থবক নত্তে। ভেংনৌপল অনাদ মরিংগী য়ুমনি, খোংজাইশিংগী লৈফমনি। অফংবা পোৎশক্না ফজহল্লে ফক্রোং ইগী অফিস বিল্ডিং, কাকলৈ মোবা, খোংগম মেলৈ, শমজিরৈ উরৈ কয়াদা লৈতেংলে। অথাপ্পা অনকপা, অপিকপা অচৌবা খুল-শিংগী মীহুৎনা শেমলে চয়োলগী বজার—মথক্তগী লাকলে ব্লোক অফিস অমসুং থানা মচা। অদুবু খুনাং চাম্ভ্রিবা জঙ্গলদু, মীনম-ভ্রিবা চৌংদোংদু অচিকপগী ভূংনফমনি।

অফিসকী থবক য়াম্না লৈতে - উন-তিম্ননিঙাই মরুপ মপাং মশীং য় মদে; তেল্লবা অহিং মুংথিল—রাখলদদি শাংলবা ঙাই-ঙমজবা মতমনি। মুমিং খংদে তারিখ থংদে, মপালগী মুংশিং য়োদবা ইরাং চুম্ভ্রিবা লমদমনি। অদুবু মতম লেম্রনবগী মুংঙাইরবা খোরম অমত্তাংদি............ শিকারনি।

থুত্তা লৈরম্মী সিজল বেরেল অমা- মরুম্ব য়াম্ভে, হৌরক্তে খুংচুম্বগী প্রাকটিস তৌকম। খুংচুম্বদা, শিকারদা হায়রৈ অনাল কোতং। শজিগী খোঙ্জেল, লময়েনগী খোঙ্খোক্, শওমগী মীকৌ, লমওকী মীকপ, লোইনা হৈ, থঙই কোতং। মীনা হায়রৈ- মাদি চৎতে থাপ্পা নাত্তা কৌরগা কাপই শিকার অহু।

নোংমা চৎলম্মী শজি শিকার কোতংগা লোয়নননা। অহিংগী অয়োইবা মুথকগী চৎলম্মী লোক্তা তায়দা। অহিং মমৈ নোঙাল্লক-পগী য়েন্দা অহানবদা ঐগী সিজল বেরেলনা কারম্মী লময়েন থর। সিজল বেরেলদগী খোকথি "তং" লাওনা মাংখাদ— মাংদা কেন্নকই লময়েন—পুন্নাংদা হান্দকম থজবা মুঙাহবা ঈরাং কাওই; থম্মুদে ওঘোকপা জিব মাওহনবা অচোবা দোষ অমা লওজরি ঐদি।

নোংঙাল্লমদাইদি য়োরে অহুবু শজিদি কদায়! কোতংনা কৌই—মুনা য়েংলম্মী, অহুবু মমিং চৎপা কোতংনি, মনম চাওবা মহাক্পী—শজিনা থঙই, মহাক্লী, শোয়ফত্রবা শিকারী। চেনখ্রে থাপ্পা; করম তৌনি কোতং? অনৌবা এস ডি ওগী মাওদা চাং তারগত্রা নত্রগা নওগী মিংচৎ হন্থখ্রপদরা? অহুবু ভুঁসিদি করিনো কোতংগী গন্তি য়াংমদা লৈখ্রে, কাংমাত্রে শজি অমত্তা।

সুমিংচুপ্পা তাইরবদম্ব ফংত্রে — মমৈদা হল্লকলে ঐখোয় য়েনা লোক তাম্না। লোকী ঈহল অমা লাল্লকপদা সিক্লবা খোঙ্খোক্না "পি পি" লাওনা থোংবা খোজেল অমা তারম্মী। ঐখোয় থর পীক্লা খুনীং কাওনা কাওনা চওশিল্লম্মী। অহুবু কোতং ঊবদা "গ্রুং গ্রোং গ্রোং" লাওবা মখোল অমা তাথি— চেনখ্রে নোংমৈ গুলিগী

খোঙশান ৱাংমদা। পুংথায় অমা, পুং অমা, অনি, অহুম নাশোন পীক্লা ডাইরে—'পি পি" লাওবা খোঞ্জেলদি লেপত্রি—অমুক হন্নকপগী নাশোন ফংই অহুবু মিংয়েং ৱাংমদা অমস্তুং গুলিগী খোঙশান ৱাংমদা ওইরম্মী। অরাম খৌরাংবনা ৱায়হুনা য়ুমদা হন্নসি লেপ্লরে। অহুবু হন্নকপদা কোতংগী খাওদা য়াওরক্লে পীক্লীবা শক্তি মচা অহু। য়োমকু থূল য়োৌরে যজোম ঈশিংনচিংবা পীজ পীথক্লবা হোৎনরম্মী অহুবু পীক্লবা জিব অহু মচিন্না কন্নিমত্তা শোকউ য়ারমদে। মমাগী মথোমবু হেনবা পোৎশক পৃথিবীদা কদাইদগী ফংগদগে?

* * * * *

"ইমাগী ইবুংঙো। নহাকপু কদায়দনো! ইমাগী খোম নঙ-থরকলে—নহাকপু কদায়দনো। ফত্রবা কোতংনা নহাকপু কাগ্রবরা? মেনা লোক মপাল কোইচেন চেন্না কোয়থি থিক্লরে—নহাক্তি লৈরমদরে।—ইমাগী অপিথক নহাকপু কৈদনো, ওরাং অমুক্তগী চন্না নোংখন হনখিদ্রে—কন্নি লমদমদা লৈখ্রবগে নহাকপু?" ওস্তোক-পনি মমা ওইবা মচা উদ্রবদা—ময়াদা নাপী চিকখিদ্রে, অহিং নোংশোয়বা মচা কৌহুনা লাক্লা লাক্লা খোংহুনা লৈরম্মী। অমুকস্থ মেনা লোক তাম্না চেল্লকই—য়েংই, ঈহল অহু মুন্না য়েংই, নাশোন পীক্লা লৈ—অমুক মথল্লাই শিগনি কিবনা, কোতং লৈরম্বা য়াই থন্দুনা—শোৎ পেক লাওবা মীশা মীনম মীথোল তাবদা থাপ্লা চেম্মোকখি। অহুবু মুংশিরবা মচাবু নীংশিংলকপা মতমদা হান্নগী মকমদা অমুক অমুক হজিল্লম্মী—লৈরমদ্রবদা নীংবা কায়বনা থল্লম্মী।

* * * * *

অহিং নোংপোয়বা শজিনা লাক্লা লাক্লা খো'বগী খোঞ্জেল খংগোনবনা পুরক্কুনা মী চিক্রবা লমদমগুদা য়াম্না নক্লা তারম্খী হেডকার্টরদা। অহিংগী মমৈ ওইরকলে—অয়ুক্কী য়েন্দা অহানবা শজিক্লা নোংপোক অতিয়াদ লৈরিঙৈ - ওয়াং ফারকপা শজি মচা য়েংগে চৎলম্মী, অদুবু শজি মগাদি লৈরমদরে--কোতংগুম থিবা ফংদ্রে। পুং অমরোমগী তুংদা নোংপোকথংবা অতিয়াদা ওাঙ্‌নবা গুমিংকী অমেংবা মঙালনা তাইবং থলহল্লম্মী। অতিগা অদু তক তকই— অয়ুক্কী চৌং লৈবাক অদু নিলখোংদে, মেঙই, খোংলি—পুক্লীং ইনৌ নৌনা তয়াং তশোই। অয়ুক কৌগতুনা চৌন-য়া শেংবা লোইরগা অয়ুক্কী চা কপ অমতুং থকলম্মী। মতম অদুদা মেনা লোক লোমদা "তং" লাওবা মখোল অমা তাখি।

* * * * *

ওাইহাক লৈরগা ঈ-তৈরবা শজি অমোম অমা নগো পোর-হুনা, মখোল পীক্লা "পি পি" খোংলিবা শজি মচাহু য়াওবা থাও অমা য়ান্দুনা নোংমৈ লেংগোং নাহুনা "হৈ হৈ" হায়হুনা কোতং অদু থুংলরে। থবক পাঙথোরকপগী মুংওাইরবা মিংয়েংনা মাইথোং অদু থল্লম্মী কোতং—মহাক্কী মিংচৎ মহাক্কী তৌওম্বা — লেওদনা থমলে অনৌবা এস ডি ও গী মিত্তা। মকারাম্বা মায়-থোংনা মোমোন্নরি কোতং।

ময়াম খোক্কুনা য়েংনরম্মী—হংনয়কই করম্না ফারকপা। অপিকপা শজি অদু মেনা লোক মপান্দা ঈহলহুগী মনাক্তা থমলগা লুমহুনা লৈরিঙৈ— মচাগী খোঞ্জেল তাবদা— "ইমাগী ইবুঙো

নহাক······” খোম্লাং মায়োক্লহল্লম্মী শক্তি মচাক্থ হয়াওনা খৌবুম থন্না চুরুপ চুরুপ থকলম্মী। কোতং উরে চেন্দ্রে মহাক। সিঙ্গল বেরেল থাঙ্গংলে -কোতং নিশান তৌথরে—কেল্লে মাঙদা শক্তি অছু। ঈ তৈরবা শক্তি অযোম অছু ফৈনা ভারম্মী—অপিকপা শক্তি মচাক্থ মমাগী খোম অমুক অনিয়ক চিংলগা “পি পি” খোংছুনা অকোয়বদা পৈরিবা মীয়ামছু তিঙক মাইঙল্লনা য়েংছুনা লৈরমই। মছু উবদা ল্লোমকুমী অহল অমমা হায়রম্মী—“ওঃ মচা মুংশিবনা মশাগী থল্লাইগা শিল্লখ্রবোই।”

তেংনৌপল—মে ১৯৬৩ ইং

---

# অহিং অমা

বসন্ত পুর্ণিমা মুমিংনি; প্রাকৃতি লাইরেম্বীনা শাইওল্লুনা অনৌবা শকতম লৌগদা মীওইবগী রাখলসু অনৌবা য়েল্লীং ছল্লি। বসন্তগী ফজবা উবদা ঐগী রাখল ভয়াং ভশোয়রে—ফজবা উবদা পুক্লীং থক্‌-খা ওল্লে। ঐখোয় লৈমখোংদা পিক্‌নিক্‌ চংলুবদগী হল্লক্লম্মী। লমখাঙদা শোয়োক মপানগী লৈরক চওকম অমদা মহৌশানা থওনখিবা লৈশাবী মৌ কয়ামুক থেংনবম্মী। যৌবনগী ঈনথংলকপা মতম ওইবনা মখোয়বু থৌওইদনা হুন্দোক্লুনা চংপা ভমলমদে। থোইদে'ক্লা, মথোয়না মরক্তা নৌনা পুখ্র, ওইরবী, নীংবা কায়রবী, নহা মমায়বদি লৈশারীবী অমনা ঐগী থন্মোয়বু কারম্মী। মমাঙথাদা নহাক অমসুং ঐহাকী মরক্তা কায়নবা য়াত্রবা রাখলগী

ইপাক্তা মুংশিবগী ঈথক ঈপোম হৌখি। মতমগী নোংলৈনা ছুম-দোক্লুনা ঈথক ঈপোম অহু তোর্ব্বান্দা য়ৈশিন্দুনা থাঙখি। মতম কুইনগী তুংদা থঙহৌদনা ঙসি অমুক উনবদা হৌথ্রবা ঈথক ঈপোম অহু অমুক হৌরক্লে। মদনগী মচীন তুম্লবা অমম্নুং থোংলবা লৈগী তেম্না মাগী থম্মোয়দা থাক্সরমাম্লে – নিংঙম হোংদবা মিংয়েংনা ঐগী লম্বী থংখ্রে। থোঙ থাংবা থোকত্রে; ঙাই-হাক্তুং লেপ্পবা ঙমদ্রে। ………পাখঙ, লৈশাবী, মোম্নী ফাগী ফারাং বাহৈম্নী লান মতেক লোইরে; য়ুম তাম্না চৎনবা লম্বীদা মায় ওম্রে। অহুবু, ঐহাক্কী মহাক অহুগী চাম্না কোংদোক্লবা, মীৎচি অমম্নুং পিশুমগী রাঙাং – হকচাং কাম্নাৎকী ফীভম অতৈনা মতেঙ পাংলবা মশাগী ফিরেপ অমম্নুং মীৎযেংনা – "ঐনা নঙোন্দগী ফংনিংবা পোৎশক অমত্তং লৈত্তে নহাক্না মহু ঐঙোন্দা পীবী-রোইদ্রা?" হংলি। করি হায়না খুমসিগে? সাংকলনা পুরবা হকচাংদি য়াম্না থাপ্না লাকুলে অহুবু রাখল অমম্নুং থম্মোয়দি লৈরক্কী চঙফমদা লৈহৌরে।

পূক্নীংনা হায়রি "নহাক্কী অপাম্বদো শোয়দনা পীগনি।" পূর্ণিমা থাজ নোংপোক চীংদোন্দগী লিংথংলকুলে, থাবলনা তাইবং থূঙ্নাৎপা হৌরে—ঐগী থম্মোয়স্ত ভয়াং তশোইবা হেনগৎলক্লে। থম্মোয়গী কল্পবা ঈহুলবু সমাজগী থাংশাংনা হেক্ হেক্ কক্থংলি—.ণীনা ফত্রে ঐহাকসে—সমাজবু মায়থীবা পীবা ঙমদ্রে। অহুম ওইনমক কল্পবা থম্মোয়গী ঈহুলবু করম্বা সমাজনা মীওইবগী ইতিহাসতা করম্বা মতমদা কয়াক ককথংখ্রবগে?

মহাক্কী মৌনি—ঐহাক্কা মুপী থিদ্রিবা পাখভনি। মৈতৈ সমাজগী চৎনবীনা মহাক্তি অমুক লুহোংবা য়াদ্রে। ঐহাক্কী ইপা ইমাগী কোকহল লাইহলনি—মীয়াম মাঙদা চাওনা লেম্‌লেম্‌হনা লুহোংনিংলিবনি—মখোয়গী অমত্তা ভায়জরবা আশানি। ঐগীদমক হায়রুরবা, পীনরবা মুপীমচা অহুম্‌ মহাক্কী লৈথিত্রবা মপুরোইবগী মচন্‌নি। মীপুম্বা খঃনরে—মহাকসু তারে। অমরোমদা মহাক্কী মকু-মনেমনা মচামুপী অহনগুম্বা লুনা তৌজবীনি। ঐহাক্কী লুহোংবগীদমক মহাকসু শিল-লাভবা য়াওবা তারিবনি। করম্নো ঐহাকপু? অহুবু পূক্নীংগী আশাদি হোংদ্রি।

সমাজ অমদি চৎনবী হায়বসিসু কিদবা য়াদে। মুমিং-থাউবা হানখ্রবা মখোয়না থেংনবদগী খঙলকপা লৌশিংনা ফত্তে, য়াদে হায়না খনম্বা, থামলম্বা পুম্নমক অসি অয়াম্বনা অচুম্বনি। অহুম ওইনমক সমাজগী মরক্তা চৎনবীগী মমুঙদা খঙদনা থাজবা থরসু য়াওরি, মহুনা মীওইবগী খম্মোয়বু কায়হল্লি। ঐহাকসু মঃগুম্বা খর অসিনা খম্মোয় কায়হন্‌খ্রগদরা? রাখল মণ্ডল মণ্ডল খন্নি—খঃা খন্না খঙহৌদনা, খোঙনা পুহনা ঐহাক্কী মহাক লৈবা লমদম য়োরমলে—থোলাঙমক্তদা লেপলম্লে।

পূং তরেৎ-নিপান তাবা মতম্‌নি। নোংপোকথংবা অতিয়াদা থাজনা লীকং ৩ লোম কাথংলকলে। অপাবা লৈচিলনা খুম্বনা মকশিল্লবা লুপাগী মচু মাল্লবা থাবলনা পৃথিবীপুম্বা কুপশিনখ্রে। মহৌশাগী লৈকোল ও'রবা মখোয়গী শুমাঙদা মালতি কুঞ্জ মনাক্তা ভাইহাক্তং লেপ্তুনা লৈরম্মী। মালঙ শউম ফংবদা হৈনম লৈনম্না

থল্লে কুঞ্জসে — মালিকা, মধুমতী, থাবল্লৈ, জাতি, শিঙ্গারৈনা শিল্লোন শিংশ্নন কুঞ্জগী থোংগল তৌজরি। সন্ধ্যা ওইরবদা মুবা মানা তুমংস পুংদা কচ্চবা ধূপকী মৈথুনা হারে কুঞ্জসে। বসন্তগী থাবলনে কুঞ্জগী ইরাভনে মাঙডগী শাখেকনে পূম্বা তিল্পুনা ইরাং হৌরবা থম্মোয়নি— য়েংলা মায়কৈ মরিদা কনানা ঐবু উত্থ্রবগে ?

থোডম্নু হাংলি, হৌজিক্ক চঙখিবগী শউম ফংই—চাওরাক্লা ইমুং অচুদা মহাক নত্তনা কনাম্নু লৈতে হায়বা খঙলবদা থৌনা খিগুং ফংলত্তনা চঙশিল্লমই ইমুংদা। থর খঙলপ তৌনা মীকুপমুক্তং তৌফম থঙদবা মওংদা লৈবা ফিভমগুম্বা উই—ইকাইরপ তৌনা অমদি পুক্নিং ঈথক্ কাহনবা হকচাংগী ফিরেপ অমদি উৎলগা মমায়দি লুক্লপ তৌনা—চঙক্রবা মীকুপ অচু হৌথ্রবা তুংদা— "ইবুংঙো লাকলিবোইরে, কিদা সোমদা লেঙশিল্লু" হায়না মোরা অমা থারম্মী। "ইবুংঙো" হায়বা রাহৈশিনা ঐহাকী রাংলবা আশাগী মতোন থর কক্থংখবে। ঐনা কৌহন্নিংবা অমসুং মানা কৌনিংবা মী গোদি "তামো" হায়বসিনি। অঙকপা থৌনানি করম্না অসুক থুনা মীংগে অংস ওনখ্রিবনো ? ঐনা লম্বীদা শারকপা রাংখলগী দলান্দি মোরাদা ফমনীংবা নত্তে মাগী নীংথিনা থারিবা খুদাগী ভৌরবা ফিরক্লা কুপ্লবা মোল্লবা তেরা মোম্পাক্ থক্তা ভাইহাল্লং হিপনিংবনি। অচুবু মচু হায়ননবা ঐগী থৌনা লৌশং লৈরমদে। বোভ অচু থর ডাশিল্লে — মবুডগী কাগা থংনবা থোঙ অচু পোৱে ন থাখিল্লে মহাক্লা। তাঞ্জা য়াম্না চারে — ডারাকপীনা ডা লাকপগুম মাগী হৎচাং কায়াৎ পুম্বা পূম্বা অমুক্তং পায়শিনবা ডমলবদি পুক্নীংগী

অরাম খৌরাংবা পুম্বা কোকপ' ভমলগনি—অদুবু, মদুগী থৌনা—মতম অদুদা ঐগী ওইরমদে।

"ঐগীদা লাকপদি করি চাগনি।"

"করিবু চারুগবনো"

মহাক্না মাগী লৈজবা কমলা, কৌহোম খোক্লুনা ফজরবা চাইনাদা হাপ্লুনা ঐগী ইমাগী থমলে। ঐগী হনাক্না ফক্ অদুদা ফম্মদুনা য়ারী শীংবুন্ কয়া হৌরে। মতম অদু অথু-অকায় নংবা—মরু ওইবা রা ভাওবা ঐগী পাম্বল নত্তে। অদুনা য়াকোই গুরম্মী—ঐবা চৎলুবা পিকনিক্কী রা—মদুদা ঐহাক্না থেং-নরকপা—ময়াম চত্তদুনা চাক থোংবা—ময়ামগা ঈশিং চাহবা য়েংবা, ইলেকট্রিক ইঞ্জিন য়েংলকপা, মথক কাথংতুনা ঈশিংগী পন লোক মথক্কা শারিবদু য়েংবা—নাপা মতু'ইন্না চংপা অসিনচিংবা রা কয়ামরুম্ য়াম্না থগ্রায় য়াওনা ঐনা তম্লম্মী—মহাকসু থগ্রায় য়াওনা তারম্মী; থাঙ্গৈশেংবদি ঐনা শানিংবা য়ারীদি মদু নংলমদে।

মহাক্না ঐগী ইনাক্না ফম্বা অদুদা ঐগী হকচাং কায়াং পুম্বা মতাম তৌরম্মী। মাগী মশা মওং মমাং থবাক পুথনা ঐগী মীংকম হোংবা য়ারমদে। মথুংকী ফজরবা খুজি—খুনি থৌদা শিরিবা অভাভবা মুং হৎলবা খু.দাপ, পুম্মক ঐগী মীংকী পোথাফম, মাহৌ-ফম ওইরম্মী। হাউলবা মাগী হকচাং অদু য়াথগনা ঐগী হকচাংদা ভাথু থেংথুবা হৌরকলে। য়াথলতনদি তশেংবা পোংশক অদু থত্তবা ভমদবনা ঐগী লৈজবা থৌনা পুম্বা থোমজিন্দুনা মাগী মথুং অদু পায়গে থল্লে। শিরিবা খুদোপ অমসুং খুজিগী মতেং লৌদুনা "খুদোপ অসি ফজে" হায়দুনা মথুং অদু পায়রম্মী। পায়রুবমক্তদা ঐগী হকচাংপুম্বা কোক্তগী তোন্ ফাওবা চীং চীং লাওরম্মী, মথুম

মরাক্ত হৌত্বনা তু চংলম্মী। অকনবা শক্তি অমি লৈনবগুম্না মাগী মথাদা তুচুংবা, হায়গাইবগ চৌনা মাগী মথুং মহু ঐগী খুত্তগী—কবিগুম্বা অমোমুবা পোংশক অমা পাযরুবদা খণ্ডহৌদনা থুং শং চিংথোকপগুম্—চিংথোকখিবা শকফম্ অদু উরুবদা পুক্কীংদা মুংডাইবা হায়কম খওদবা অমা ফাওরম্মী হায়কেং হুমাং শোৎরম্মী, ইথন্না তুমিন্না ফম্না ডমলংদে। মথা তাবা বাখী বাতায়দা থুদোপ অহু সনাবা শাদনি খংনা পংনা অমদি শম কয়ানা শাবনো হংগে থন্না থন্না ইপা পাংংখিবা অহুনা এন্না হৈননা "করিনা শাবনো" হায়না হংলম্মী। মগাক্তম্ "কোরীনা শাবনি" হায়না খুমগা নোককেং ত্তৌখিরম্মী। থক্তি-ংম্মু ইকায়রম্মী।

'য়াম্না ওলাওসবরা?" হায়না হৌগংতুনা মহাক্কা থোক্তাও অহু হাংদোক্লুরে। থাম্বম্নু নংহৌদ্রে। পুক্কীং চিংনবনা থম্লে—মপান্দগী কনা কনাগুম্বনা উরমগত্রা হায়না থোইনা হেন্না মীপাইরে; ওলাংবগুম্ অমুক হেন্সংলকলে—চিংনবনা হুমাং অনপ্পা থক্তিক থক্তিক কারম্মী, থল্লম্মী—"মুংশিং শিংলক্কুনা থোক অসি মথন্না খিংক্তিনজখ্রবদি"। ইথন্না তুমিন্না ফম্না ডমলকত্রহুনা ফুক্ হৌগংলম্মী, হকচাং তথক তথল্লম্মী, তৌফম খণ্ডত্রহুনা মপান্দা থোকলম্মী। মপান্দা ডাইহাক্তং লৈবম্মী, থাবলম্না শিংলকপা কুম্বনগী অঙ্গংবা মুংশিংনা য়েত্বনা হকচাং অহু থর ঈংথরক্লবদা—অনৌবা থোনাগা লোয়নন্না অমুক্ ইমুংদা চঙলম্মী, থোক্ত অহু ডাশিল্লম্মী। ঐহাক্কা মপান থোকখিদৌবা মহাক্কা মাগী থুদা অহু ঙিংথনা শেম শারম্মী;—অহুগী তুংদা চাথুমদা চঙত্বনা চাক থোংবা হৌখরে। তাক্তা অহু

ফংলহুনা মাগী খুদা অহুদা কাখৎতুনা হিপ্লম্মী। হিপ্লা হিপ্লা রাখল অমা অনি অসুম খন্না খন্না ঐহাক খঙহৌদনা ভূমখোকখ্রে।

*  *  *  *  *

মীকপ থোক্লকপদা অহিং ইচিক হুল্লমলে; চেক-মোক্ লাওদনা মবুং মপা মমম্মা অঙাংশিং ওয়া ভূম্নরমলে। ঐগী ইনাক্তা মপূং ফারবা শকওং অহু ওস্মোক্লা নক্লা লৈরমলে। ঈশ্বরনা শেমলকপদা অরাংপা লৈত্রবা হকচাং কায়াৎনা মাগী ওইরবা মপূং ফারবা শকওং অহু ঐগী পাম্বোম অনিনা চেৎনা কোম্নুনা লৈরম্মী—মহাক্কী হাঙলবা তোওলবা খবাক্লা খক্ভাহুনা লৈবনা অশাবা ফাওরম্বা—মাগী থম্মোয়দগী হকচাং কায়াৎ থুংনা চেল্লিবা ঈনা হুলহনবা দং দং চোংলবা মীহুলনা হুনবা থেংনবদা হয়াও ভুজুংসবা ঐগী মায়খোং অহুনা ইথও খঙহৌদনা মাগী মায়খোংদা ভারম্মী; ঐগী লেক্ লেক্ লাওরবা চিনবাম্না মাগী চিনবান অহু তক্লুনা লৈরম্বনা ঐগী শিংলি মীহুল হকচাং কায়াৎ পূম্না মথুম্ মরাং হৌহুনা লৈরম্মী খল্লম্মী মহাক্কা ঐহাক্কা অমত্তা ওইখ্রবরা ? * * অহুবু অঙকপদি মাগী মমীত্তা পিগী মতুম্ মতুম্ শিম্মহুনা লৈরমই। মহু উরুবদা ঐগী থম্মোয়দা থুক লাওরম্মী, হংলম্মী নাপ চিক্লা "করি তৌরবগে ?"

অশিং অরাম্বাগী অতৎপা লৈতনা শিংলকপা মুংশিংকুম্ — ইওা খাগী খিংবিনবা লৈত্রবা চাংক্সো পারবা কল্লবা ঈচেলগুম্—অরেপ্পা লৈতনা মাইবী লাইনৌ তাবগুম মহাক্কা মচিন্দগী অতৎ অথম্ লৈতনা—অমুকৃম্ন নোক্ অমুকৃম্ন কপ ইকায় ইকি রাংমা লাম্না হায়দোক্লম্মী মথং মথং—"ইবুংঙো। খন্দুনা য়েংউ, মত্রম

অহ্ কয়াদা রাখ্রবা। নহাক্কী নবাই ইবুঙোনা ঐবু লুহোংবা মুনিং কয়'দা ইকাইখ্রবা? ইনা ইপাসী য়াথং ইল্লে, ইবুঙো মাগী সেনা তৌজরে। ইকু ইনেগ্না ঐবু কয়াদা সুনা তৌখ্রবা! ঐসে মখোয়গী মচাম্নুপী অহন ওইরবনে! ঐনা চান্দ্রিবমথৈ চাদে, ঐগী পুক্নীং মুংশিগিনি হায়হনা মখোইনা কয়াদা থনবিখ্রবা! মহাক্নু ইবু কয়াদা নিঙথ্রবা ........? ঐগী অনিঙবা অপাম্বা কয়া মুম্না থঙবিখ্রবা? অপাম্বা কয়া ইকাইবনা হায়দোকপা ঙমদ্রবনু—মহাক্না করম্না থঙ-হনা পুরকপনো, মহাক্না পীবা, পুরকপা পুম্বা ঐগী অপাম্বনকুনি। যেংউ, ঐনা হৌগ্গিক থুনিংথোদা শিরিবা থুদোপসে— মুনিদাং অহদা মহাক্না ঐঙোন্দা শিবিখিবনি।

মহাক্না ঐবু মুনা তৌমনখিবনা মমাম্নবনা হায়নখ্রবনে —মহাক ঐগীদমক ঙাওরে।" হিক হিক লাওনা কপ্পম্মী; কপ্পা কপ্পা হায়-রম্মী—"ইবুঙো! ঐগী লাইবকসে কয়াদা থীগ্রবা! থা অমত্তা ঙায়রী লুহোংবা—নৈবাক কায়রে— বম তাবে,— ঐখোয়মু চেল্লে হরাওরো তাংখম তাম্না —। ঈশিং মায়শিং ঙংশিং মুংশা ওম্নবনা নহাক্কী নবাই ইবুঙোদো থারো সাইরো থঙদনা নারে। থুদোং খিরবা তাঙ্গা অহদা কদায়দগী ঙাক্কর! মাইবা মাইবীগী আজা পুজা কৌরিমু কাম্নখিদ্রে। মখোয়না হায় ঙব্রাংলোমদগী দেবী ওক্ন-রকপনি। তৌক তৌক্নবা পুম্বা নুংদা ঈশিং চাইবা তাখ্রে। মুমিং অহ্ করম্না কাওরশিগে—! পূর্ণিমা মুমিংকী মুংদানি, —মপালদা থাবলনা ঈলং লাংগি। য়েংনা য়েংনা মহাক্কী ঐবু হুন্দোকপীরমলে, স্বর হোনখিদ্রে। ইকাইথীবী ওইবনা ঙেংথা নাওইনা কপচবা ঙমদ্রবা লকাপ্পুংদা রাথৈ চাক্নবী ঐহাক্না হিক্ হিক্ কপচবা নত্তনা কবি তৌগনি।

থাংভমফমদা চাহাক লৈবগা —মপান্দা তুংবল তোর্ব্বান্দা, চিতা মথক্তা থাঙ্গংত্তুনা মৈদা লোইনা থাদোকখ্রে। মহাক্কী চাওশাংলবা হকচাং অতু উং ওইখ্রেদো—কযাদা ব্রাখ্রবা—নিঙমহৌদ্রবা। হিক্ হিক্ কপ্পতনা পাঙ্গল ওইদুনা খাঙজরে। শোরাং লোইখ্রে—ইকু ইনেমগা লোয়ননা মহাক্কী ফুল অতু পূহুনা তীর্থ কয়া চংলুরে। নবদ্বিপ্তা গঙ্গাস্নান তৌরে, গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা থাবল ফবা অহিংদা ইথন্তা কনানস্তু খঙদনা কপচরুবা! কাশী য়ৌরে—প্রয়াগ, গয়া ত্রীবেনীদা কুমহুনা মঙোন্দা ঈশিং খুজোক কংলম্মী—। মথুরা, বৃন্দাবন রাধাকুণ্ড চংলে—লমদমশিংদো কয়াদা ফজখ্রবা। যমুনাদা কুমহু। স্নান তৌরে তর্প্পন কংলে,— ঈশিং খুজোক কংলে। নিভৃত নিকুঞ্জবন, কেশ্বরকুঞ্জ পূম্বা উরুবদা থম্মোয় খোয়রাংবা, পূক্নীং লুংশিবনা থল্লম্মী। মশোয়না হায়রম্মী সাবিত্রী কুণ্ডদা চংলবদি লুখ্রা ওইদে—হয়েংমুক্তা মপোক্তা লুখ্রা ওইদনবা সাবিত্রীকুণ্ড তান্না চংলে, তর্প্পন কংলুরে। অতুবু লাইবক থীবনা নিঙবা থুংন স্নান তৌবদি ফংজরক্তে। ইকু ইনেমনা পুবীরে হরিদ্বার, হৃষীকেশ, লক্ষনঝুলা য়ৌরুরে, অমুক হল্লক্তুনা শ্রীক্ষেত্র য়ৌরে। শ্রীক্ষেত্রদা জগন্নাথগী দর্শন তৌজরে—সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা য়েংলম্মী পাক্রবা সমুদ্রগী ঈপাক, রাংচাওরবা ঈথক। সমুদ্রগী ফজবনা ভাইহাক পূক্নীং শুম্বাংলবস্তু নীংশিংলকপদা থম্মোয় হেক হেক কায়রম্মী। চং-মথৈ চংলুরগা মণিপুরদা অমুক য়ৌরক্তে। ইকু ইনেমনা কনা লুনা তৌহুনস্তু মখোয়গী মচান্নুপী অহল ওইরুহনস্তু— মহাক লৈত্রবা য়ুম অতুদা ভাইহাক্তা ফাওবা লৈনীংলমদে; হল্লকলে ইপামদা—ইপা ইমাগী মমাক্তা ভসি ফাওবা লৈরকপি;

অহুবু ইবুঙো! নুমিৎ অদো, নুমিদাং অহু ঐহাক্না কৈদৌ-য়ুংদসু কাওবা ঙমদে। পুণিমাগী নুমিৎ, থাবল ফববা অহিং অহুদা মহাক্না হকচাং অহু উং ওইনা তুম্থিবা—তত্তনা ঐগী মিংশিন উরি। ইবুঙো! নহাক্কী নবাই ইবুঙো অহুগা মাল্লবা মীবু মফম কদায়দা লৈরিগদগে ?" অসি হায়না মপি ঢহুম ঢহুম তানা হিক্ হিক্ লাওনা মখোল থোক্ল। কপ্রম্মী। মহাক্কী মতৌ উবদা ঐহাকসু মিওগী পি তাখিবা থঙহৌদে।

মতম অহু থেঙলম্মা—কোমুংগী মঙ্গলারতি তৌবগী শরিক্কী খোঙ্গেলনা গোং গোং লাওবা মখোল অহু তশেং তশেংনা তারম্মী। অমুক পম্মনবগী মতম লৈত্রে ফমুংদগী হৌগৎলম্মী। মহাক্না মাগী মুংশিজরবা খুদোপ অহু ঐঙোন্দা শিবিরম্মী অমসুং ঐগী ফুরিৎ-খাওদগী ঐগী ফোটো অহু পায়দুনা হিক্ হিক্ কপ্পুনা লৈহোরে।

ঙল্লবা অমুক অহুদা ঐহাক মপাল্লোমদা থোরক্লে। থাজনা নোংচুপ বাখোঙ লোল্লমলে, থাবলনা তাইবংদি থুমহৎলম্মী। ঐহাক কোক হাইরং হাইরং তৌনা শোরোক য়োরম্মী—ঙাল্লবা থাবলদা মহাকনা শিবিরকপা খুদোপ অহু উরম্মী। মাহু উবদা ইথম্মা হংঙ্গরম্মী—' 'মহাক্না ঐঙোন্দগী ফংনিংবা পোৎশক অহু ঐহাক্না মঙোন্দ। পীরমলবরা ?"

---

* খৃঃ ১৯৬২ গী সেপ্তেম্বর থাগী ঈরা পত্রিকাদা ফোংখিবা।

# লক্ষ্নৌ ষ্টেষন্দা নোংমা

থাঙ্গৈ:শংবা ৱারীনি। লক্ষ্নৌ ষ্টেশন্দা খোকখিবা নোংমগী ৱারীনি। জয়কুমারগী পুনসিদা কাওবা য়াররোইদবা থৌদোকনি। মতম পূখ্বা নীশিঙনিঙাইনি।

ঙসি সেপ্তেম্বর তাং ২১ নি। ইংশোক ১৯৬২ গী সেপ্তেম্বর থা লোইথিগদৌরে। অনৌবা পুনসি হৌখ্রবা একেনগী য়ুমদনি। লুহোংলূবা কুইদ্রিবা একেনবাবুগী য়ুমদা চা থকলো হায়দুনা পুংঙ॥ যেম তাব' মতমদা চংলূই। লম্বীদা থেংনরে লোকেন শ্যামা চংলবা রিক্সা থক্তা। য়েৌফম অমত্তনি—মখোয়স্তু একেনখোয়দনি। মখোয়তা নত্তে, জয়, বৃদ্ধ পীশকসু চংলম্মী—কদায়দনো? এ—একেনখোয়দনি, একেনখোয়দা।

সুঙাংবা সুমিংনি মখোয়গী। ঙসি বৃদ্ধ থবক অমা ফংলে, স্নাথ্বা বীরেনগী অফিসতা। হয়েংদগী থবক কারগনি, শ্যামগী মরে থেঙ্গ ময়াই থর চমলগনি—খোংগ্রাও মতোন হুইথবা কাও গোয় ভিন উথ্না, ফুরিং কুরাম য়াওদবা টিসার্ট লিংপা য়ারগোং হয়েংদগী শমফাবা কক্তবা পুন্নমক তোক্লগদবনি। বৃদ্ধগী পুনসিদা অনৌবা থবক, অনৌবা ফিজেং, অনৌবা লঙ্গ, হয়েংদগী—জয় পীশক তোয়না উনদবা য়াই; অতুনা ঙসি অব্রাং শেকমাই ফাওবা কোয়ক্লরগা হল্লকপনি।

লম্বীদা ঙাইরম্বা একেন থেংনরে—শ্যামা হায়—"মখোয় অহুমগী চাদি যঙ্গোন য়াওনবসু য়ারে—মখোয়না পামজবা মচু অহু উদ্রবদি পেনবা লৈররোই।"

মখোয় অহুম ফাক ফাক নোক্লম্মী—খ্বাইস্ব নোকই --অহুবু মখোয়না কা খর হেন্না। অমুম লাকপদা মথংগী টোপিক লোকেনগী য়ারৌ। মাগী লাম্বা অ'না খুংলাই হেনখ্রে তাবদা মথন্নায় লোক্লবা লোকেন— শ্যামগী রিক্সাদগী চোংথহুনা অতোপ্পা রিক্সা অমা ফারগা লেডী সাইকল অমগী মতুং ইনখ্রে—ঃকশামপাং থোং লানখ্রে— খাম্বা ককা নংহৌবা নত্তে।

ঐখোয় পুন্নমক পাওয়ার ষ্টেশনদগী য়েংলোমদা লৈরগা মোং লান্দুনা অয়াং পাংনা লাক্লম্মী। ঐহাক্তী এ'কেনগী য়ুম খঙলমদে। অহুনা খর ওক্লম্মী। ক্লাস মাগুব য়োরে, কাওবম লৈরক চঙলে— একেনগী য়ুমদা থু'লে।

য়াযূন অকৈবা ওইরবস্ব জোন্সন নিকোলসনগী উরেড মচুগী পেইন্টনা নৌনা লংহল্লবা থোঙ, মিন্থুখোঙ, নৌনা লুহোংবগী কা ফজনা থাদরিবা উরেড মচুগী পর্দা—নৌনা মোরামোট তৌখ্রবা অডৌবা ককলাং, অমোংপা পকত্রিবা য়ুম —উরেড মচুগী স্মুট মানবা অডকপা মচনগী কলর কম্বিনেসন,— য়েংবদা ইনৌভা নৌরে— অনৌবাগীদা লাকপদা। মহৌশাগী নত্রে একেনগী য়ুম।

ইমুংগী দিকোরেসন য়েংনিংহুনা ইমুংদা চঙলুরে। য়েংহন্নিংবা কা মখোয়না উৎলমলে। লৈমগী কানি-খুদা ফমজাও থারি। অডৌবা ফিদক্লা কুপ্নবা মোম্প্যাক, ফজরবা অহনবা কাংথোলথক্তা লৈমগী অশংবা রেশমগী মোন্দুম মোন্টেক ডৌরবা ফমুংথক্তা; লৈমগী অশুপ্পা কাওখল, লৈবোং য়েকপা অশুপ্পা মোন— নীংথিনা কুপ্নবা মোনখুম অনৌবগী অনৌবা মক্তা। নাকন্দা সাইদ টেবল— মথক্তা লাইরিক খর—ফক্লাংদা থাক মচা অমদা কিউরিয়ো খর,

মনাক্তা মিংশেল চল্লবা আসমীরাদা মচীন থুপ্লবা ফীরোন, — শম্না হায়রবদা অনৌবীগী কানি অত্থক য়াম্না লৈতেংদ্রবস্থু ইনৌ নৌনা ফজ র। য়োংকী ফোলডিং চেয়ারদা ভাইহাক ফমত্থনা অনৌবীগী কা য়েংলে। ছুমাং হাইফেং শোরত্থনা মপান্দা হকচীক লাংবা ফমনীংলহ্‌না য়েংশিন্নবা লৈরব। এফেনগী কা ফাওত্থনা মপান্দা থোক্লম্মী।

মপান্দা নাপীগী লম্পাক মঙাদা ফমত্থনা মীয়া ভাউনবা হৌরম্মী। সেপ্টেম্বর থাগী মেডলবা নুংশা য়াইত্থনা খডনবা খডনদবা মী কয়াগী মীয়া ভাউনবা হৌরে। অয়াং থংবদা লৈশাবী মো অমদি মোশাবী লৈশা থয় উরুবদা ঐপোৎপূম্বা মথুম মরাং হৌরে। অত্থবু মীয়া ভাউনবদি লেপ্লমদে। অয়াংগী মোশাবী লৈশাদগী হৌরে মীয়া—লৈমনা লোনবা চং ভাইত্থনা।

চা থক্লা থক্লা শারম্মী য়ারী, ভাউনরম্মী মীয়া মথং মথং। থঙহৌদনা থুংলরে লক্ষ্নৌগী য়া—ষ্টেষন্দা থেংনবা মৈতৈমচা কাডবু অমগী এস্প্রকরসনগী য়ারানি। জয়গী পুনসিগী মুভাইরবা এক্স-পীরিয়েন্স অমনি।

“কমদোবা জয় লক্ষ্নৌগী য়ারী।”

সেকমাইগী হয়া চুববা—লোথরবা জয়না নোক্লা নোক্লা লাবা হৌরক্লম্মী — ‘ইংশাক ৯৬২ গী মে থাগা য়ারানি। শারদা লক্ষ্নৌ লমদমনি, ডিগ্রী ১১০° দগী ইহন হম্মদ্রবা কালনি। তাং ২৪ শগোলশেন নুমিংকী অয়ুক্লা ষ্টেশন্দা চৎলম্মী— ইম্ফালদগী কনা

কনা লাকপা, মৈতৈ মচা উনব্রা য়েংলুসি হায়দুনা। তুমিং অদু ঐখোয়গী ইন্সটীটিউসনগী ছুটিনি।

মিটরগেজগী থুংফম নোর্ডন রেলরে ষ্টেশন্দা পূং ৯ লোম তাবদা থেংনক্লরে অহানবদা ইম্ফালদগী লাকপা এগ্রকরসন পাটি অমা। এক্সটেনসন ব্লোক্কী কাডবুনি। ভারতকী মফম কয়া চত্নুনা ডিভলপ-মেণ্ট প্রোগ্রাম য়েংগদৌরিবনি। পার্টি অদু পুন্না মী ৩০ নি, শ্রী কুঞ্জ সিংহ বি, এ (অনর্স) রা: ভা: বত্নবা লুচিংবনি। মদুদা মৈতৈ লৈশাবী তরুক, মোনহা তরেং, মমা অনি পুন্না মুপী তবামচা, অদুগা মাও নাগা মচা, উথুরুল তাংখুল অহুম, চুরাচান্দপুর কুকী অনি পুন্না হাও তবা অদুগা মৈতৈ নুপা মরি অমমুং লিডর শ্রীকুঞ্জ সিংহ পুন্না মী কুন্থরানি।

চীংলোন মাপন লান্দুনা মনিপুরদগী মপান থোরক্লবা মৈতৈ চমু মুপীমচাশিং যেংবদা ফনা মফক্ৈত্ৈ। মোইরাংফো ইন্নকী ইন উরেও, শালু অভাংবা, হন্দাম মপান ফনেক খ্বাংদা শেং, ফনেক ফীজিন অমনা মমাযদা তাহনবী, মলতিকশর ব্রাউজ লিংপী মথোয়দু চাপাল অমমনা তোংলহনা হেণ্ডবেক্ নত্রগা সুটকেশ মচা পায়হনা শাংনা ট্রেন তোংলকপগী মশম মনা ফারপ তৌনা ট্রেনদগী কুম-থরকপা, খণ্ডবা ময়াং ডেলব্রালীশিং অদুনা কুম্মেণুম য়েংনৈ। মমা অনিদি খায়নগী মোডেলনি। ফনেক ময়েক নাইবা মঞ্জুনবা অমমম ফিদোম চিংখত্নুনা শেংলি; অডৌবা চন্নকা হান্ন, খোড্রপ তোংদে, শারবা পেভমেণ্ট মথক অদুনা।

চীংগী ইচিন চনাওশিং ট্রেডিসন কস্তম কায়দনা চংলিবা কাওবুনি, নোংচুপ খৃষ্টানগী ইনফ্লুয়েন্স য়োংদ্রবা সুট্ টাই লোং

হৈনত্রিবা চমশিবা কাণ্ডবুনি। ফরাংজা ফীবুম অমমম ইল্লহুনা মপুণ্ডা তা অমমম পায়রম্মী। অহুগা থাঙ হাওথাঙ অমমমসু য়াল্লম্মী মখাণ্ডদা। কাণ্ডবু অহু য়েংবদি লিংকুপ্পা য়াবা নত্তে। মৈতৈ মচা মরিথক য়াওরিবহুদি খোংগ্রাও উপ্পী, খোঙউপ তোংই। লিভর কুঞ্জবাবু বিএ (ওর্নস) রাঃ ভাঃ রত্ন, গ্রে ট্রোপীকেলগী স্যুট টাই—লক্ষ্ণৌগী কালেন থাগী শাগ লকপা মতমদা—য়েংবদা মিৎফম হোংবা য়াত্রবা পার্টিনি।

ঐখোয়না খল্লম্মী— লক্ষ্ণৌদা কুইনা লৈরক্লবনিনা পার্টি অহুগী মতেঙ খরতা ওইরবসু পাংবা ঙমগনি—থোইদোক্না থাপ্লবা মনিপুর-দগী লাকপা অহুদা ই-পাওসু খর তানিংলম্মী। মরম অহুনা পুক্নী'দা হরাওবগা লোয়ননা মখোয়গী মনাক্তা চঙশিন্দুনা— "ঐখোয়সু মনিপুরদগীনি—মকম অসিদা লৈজরিবনি—ময়াম খম্ফালদগী কদৌদৈ লাকপীবগে—করি লম য়োৌবীগদবনো—লক্ষ্ণৌদা কয়া কুইনা লৈবি-গদগেনচিংবা রা খর হংদোক হংজিন তৌরম্মী। হৈশিংলবা লিভর কুঞ্জবাবু মবুক্তা চিংনবরা নক্লগা লৈশাবী মৌ খর য়াওবহুদা ঐখোয়না মনাক্তা চঙহুনা রা অমা অনি হংলুবহু স্যুডাইত্রবরা করিনো ঐ-খোয়বু ইথৌ থৌশাবিদনা খুয়া হৌনবা পাওখুম অমা অনিদং পীরমলগা ময়াম অহু ব্রেইটিং রুম তাল্লা পুথংখ্রে। খিত্তং ইকাইরপ তৌই, অহুবু ঐখোয়সু মতুংদি অহুম্ ইল্লম্মী,—ঐখোয়গী লৈকাই-দগী ইচে মেম্মা অমসুং মমা ইন্দোন অহু য়াওরকপহুদা।

মথক য়োৌরবদা মুপীমচাশিং অহুনা লেডিজগীদা অহুগা মুপাশিং অহুদা জেন্টসকীদা মথঙ মথঙ চঙখিরম্মী। ব্রেইটিং রুম য়োৌরবদা লিড়রনা হায়রম্মী— "লক্ষ্ণৌ হুরানবা কনথ্রবনি, খিপ;

(thief)! থোঙ হাংদোকপা য়াংয়া নত্রে"। অসি হায়দুনা দিগ্রী ১১০' শারবা মতমদুদা থোংচ মিতুংথোং লোইনবা লোনশিলহল্লম্মী। কুঞ্জবাবু মপান থোকখ্রে—কদায়দানো·····।

মতম অদুদা ইচে মেমথোয়গী ইপোন্না ঐ উবদা—"ইবুঙো! করিমতা চারক্কবা মুমিং নিনি শুরে··· আঃ হিন্দুদগী তঙ্গ খজিক্কী লৈবীরকউ" হায়দুনা মিতুংথোঙদা মচক থিন্দোরক্লুনা মুপা ২ থক ঐথোন্দা পীরকই।

ঐখোয় অনি তঙ লৈবা কুনথবকাংলে, মখোয়নি লুনাং ভান্দুনা লৈগোরে।

তঙ য়োনফমদা অশাবা লৈরমদদুনা নৌনা হৌহনবদা খর কুইথোকখরে। পুং অমরোমগী তুংদা অশাবা তঙ ময়োম অদু পুরহুনা চংখিবা মতম অদুদা রেইটিং রুমগী ওরদলী অদুনা জবেং জবেং ভাঙহনা লৈরম্বা থেংনরে। কুঞ্জবাবু হএক্লমলে। মখোয় পুম্বা কীরোপ য়োমহনা সুটকেশ ককা মপান্দা থাংদোক্লমলে।

"করিগীনো, করি তৌরে?'

"থার্ড ক্লাসকী টিকেট কক্লগ। সেকেণ্ড ক্লাসকী রেটিং রুমদা চঙলুবগী।"

তৌফম খঙলবা কুঞ্জবাবু তিঙক মায়ঙক্লরম্মী—"নথোঙ চাখিদ্রে লিডর ফত্তেনে" অসিনচিংবা হায়না মুরুম মুরুমসু শোল্লরম্মী।

নাকল অমদা লিডর কোথোক্লগা মাংডোন্দগী লুপা অনিথক্লুং লৌরম্মী। শেল মদু ঐনা রেইটিংরুমগী ওরদলী অদুদা পীরম্মী।

অহৌদগী দি মহাক তুমিন লৈখ্রে। মথাম পুম্নমক মমুংদা মুঙাইনা পোল্থাহল্লে; ফেন থাবে, বাথরুম দব্লিউ সিনচিংবা তাক্লুনা মখোয় পুম্না ঙাইহাক পোল্থানবে। ঐখোয় অনিমক লছি থকলুসি হাযহৌনা থোরক্লে —হো.রল মুমিদাংবাইরম চংলমদাই পুং ৭॥ রোম তাবদা উনসি হায়হৌনা লৈহৌরে। কুঞ্জবাবু থব ঙাইরোবরা?

ঐখোয়না ষ্টেসনগী রেষ্টুটিং রুমদগী কুমথরকপদা মুমিংযুংবা মতুং পুং অমরোম তাবমী। কুমথরকপা মক্ত রেলগী প্লেটফোরমদা একটাবী শেংপা মুপা অহৌনবক - অমনা ব্রোং ব্রোং শোরিবা চফু চেগপা চপ্তুন মাঙদ, মথংদা অশোবা যেনশাং য়াওবা থাঙ, মাগী তুংদা চাক্লৌবা মৈহুম থুদাপ অমা পাযহৌন, মখেয় অহুম্না লুচিং-লহৌনা হিদাকফুনচিংবা নম্বো পোবী মুপী অনি অমসুং অতোপ্পা মুপা অমনা মতুং ইল্লহৌনা প্রোসেসন অমা চংলম্মী। মখোয়গী মতুংদা পুলিস অমনা "জলদি জলদি" হায়না লাওরহৌনা প্রোসেন মতুং ইম্নরম্মী।

প্রোসেসনগী মাঙ থংলিবা মুপাশিংহৌনা "কদায়দনো করোয়-দনো হায়না" শোম্নরম্মী। চঙলিন্দুনা য়েংলুবদা অা. তাতোম্বীখোয়গী থুরা পক্কোংখোয় ওইরমদে— শ্রীধাম চংলিবনি হায়। মথংদা মখোয় অহৌ উচিন-নাচিম্না প্লেটফোর্মম থাংনদা অহাঙবা মফম অমদা শীন্দুনা মথা চথখ্রে।

পুং ৪। রোম তারক্লবদা মখোয়পুম্না প্লেটফোরমদা লৈরমলে। শ্রীকুঞ্জবাবুদি লৈরমদে —কদায়দা চংখিবনো খংদে। মখোয় ময়াম অহৌ গ্রুপ অহুম থোক্না তেপ্না তোপ্না ফমলম্মী। অহানবা গ্রুপতা

হংবদা মখোয় আগ্রাদা চৎকনি খুল্মী, অনিশুবা গ্রূপ দিল্লী চৎকনি হায়, অহুমশুবা গ্রূপদি বোম্বেদনি হায় -মখোয়গী মরক্তা থর অমদি 'ভায়া চৎকনি হায়বস্তু য়াওরম্মী। "মথ' মথং চৎকদৌরিব্রা নত্রগা ওসিমক তোঙান তোঙান চৎকদৌরিবরা ?" চিংনরক্তুনা হংবদা গ্রূপ অহুম অদু ওসিমক চৎকনি হায়না খুমলম্মী। লিডর কুঞ্জবাবুস্তু লৈতে—কনাদা হংগনি। অসুম অসুম ৱারী ৱাতাই থর শাক্তুনা লৈরমই।

পূং ৭ তারক্লে। মতম অদু ফাওবা রাষ্ট্রভাষা ভাঃ রত্ন অদু হল্লক্করে। ট্রেন থাগৎবা মতম আগ্রা পূং ৭ ৩০ মিঃ, দিল্লী পূং ৭'৫০ মিঃ, বম্বে পূং ৮ দনি প্লেটফোরমস্তু অমত্তা তিন্নদে। আগ্রাগী মিটর গেজ লাইন্দা অদুগা দিল্লী অমস্তুং বম্বে ব্রোড গেজ লাইন্দনি।

মতমদি থেঙজিল্লক্লে কমদৌসিগে কমদে সিগে হায়নরক্লে— তৌফমদি থঙনদরে অদুবু মিঃ কুঞ্জবাবু বিঃ এ. (ওনর্স) রাঃ ভাঃ রত্নদি হল্লকত্রি। অদুনা মানা মানা চৎবদবা ট্রেনগী প্লেটফোরমদা লৈবন ফরগনি হায়ক্তুনা আগ্রাগী গ্রূপ অদুনা আগ্রাগী প্লেটফোরম তান্না চৎপা হৌরে—ইচে মেম মমস্তুং মখোয়গী ইন্দোন য়াওবক্তুদা ঐস্তু মখোয়গা লোয়ননা চৎলম্মী। অতোপ্পা গ্রূপ অনি অদুস্তু কুলি নেক্তুনা ওভর ব্রিজ মান্দুনা ব্রোড গেজ লাইন তান্না চৎপা হৌখ্রে। ঐখোয়না শাদুনা মাথা চৎকনবা কাওবুহ আগ্রা মেলগী বোগী অমদা লোইনা তোংখংহল্লে। অতোপ্পা গ্রূপ অনিক্তুনা ট্রেন থর থেংলক্কনি হায়হুনা বোম্বে অমস্তুং দিল্লীগী প্লেটফোমদা ঙাইহুনা লৈহল্লম্লগা অমুক হল্লক্তুনা ঐখোয়না আগ্র চৎকদবা কাওবুগা ৱারী শাক্তুনা লৈরম্মী।

পূং ৭ মিঃ কুন তারকপদা শ্রীকুঞ্জবাবু থুংলরে। কোয়খি খিরক্লুনা আগ্রা চংনবা বোগীদা কাখত্তুনা তোংথংলিবা মীশিং অহুগী মশীং থীবা হৌরক্লে—"অতৈদি কদায়দা চৎখ্রে" হংলম্মা। অহুদগী বোগীদগী কূমথরক্লুনা পরপ পরপ চেনখ্রে—কদায়দনো খঙদে। মিনিট ৫ রোমগী তুংদা মুংশা ফী ফী হোল্লহুনা অমূক চেল্লক্লে—বোগীদা অমূক কাখত্তুনা মী মশীং অমুক থীরক্লে—শুদ্রমাল্লে কপ্পীং কপ্পীং তৌহনা মকোক হোংল্লক্লে। অহুদগী শাওরপ তৌনা তোংলিবা কাডবুদা—"মী শুদ্রবদি ঐখোয় চক্তবা তারে।"

মমৈদা ঐখোয়দা—"বাবুখোয় য়ারবদি ......... ঐবু দিল্লী অমসুং বম্বেগী প্লেটফোরম থংদ্রে—ঐখোয় লোইনবা আগ্রা হাল্লা চংকদবনি।"

"এঃ অহুদি করম তৌনি" থর পোডলপ্পা "লৈবিরম্মো"—হায়রম্লগা ঐখোয় অনি পরপ পরপ চেন্দুনা ওভর ব্রিজ লাল্লগা দিল্লীগী প্লেট ফোরমদগী কাংবু অহু কোক্রুরে—কুলি থরগা থুংলে থুনা আগ্রাগী প্লেট ফোরম তাল্লা থাখ্রে। অহুগা অমুক চত্তুনা বম্বেগী প্লেটফোরমদগী কাডবু অহুগা লোয়নননা আগ্রাগী ট্রেন বোগী তম্না লাকমিন্নরে। উচিন নাচিন্না ময়াম অহু বোগী অহুদা কাথং-হল্লে। কুঞ্জবাবু খিত্তং মুংশাম্বর হম্বুক্তরে—ফমফমদা ভাহাক ফমহুনা পোত্থারে—অহুদগী অমুক হোগত্তুনা মী মশীং থীবা হৌরক্লে। অমুকসু হম্না হম্না থীরে—মতম অহুদা ট্রেন থারমদাগী ম্নানীং হুইসল খোংলক্লে। কুঞ্জবাবু মশীং থীক্লরগা মকোক হোংলক্লে—মুংশা মপী শাংনা হোল্লগা—"হস মী অনি মিস।" করম তৌনি কনা কনানো হংবদা তাডখুল গাওনবুরা অনিনি হায়রে। কমদৌনি

কমদৌনি ! ঐখোয় অনিস্মু পাখংপোই করিওই হেক্তা ওভর ব্রিজ লান্দুনা চেল্লম্মী। লাইবক ফবনা ফরাংজী ফিভাং ইনবা মখোয় অনিস্মু মী অতৈ উদ্রহুনা প্লেটফোর্মদা হঙৎ হন্দা চংলম্বা থেংনরুরে। ঐখোয়না—"হো ইপা" হায়না কৌবদা মখোয়স্মু "মৈতৈরা" হংলম্মী। ঐখোয়না মখোয় অহু পরপ পরপ পুহুনা ওভর ব্রিজ লাল্লগা আগ্রাগী ট্রেন তাল্লা নংনবা চেল্লম্মী। মতম অহুদা কুঞ্জো-বাবু বোগীদগী মঙকৃশম্ লিংখোক্লুনা য়েংলম্মী। ট্রেন গদক্-গদক্ চংপা হৌরম্মী। উচিন-নাচিল্লা মখোয় অনিহু বোগীদা ঈনশিনখ্রে। ট্রেন খোঙজেল থর কনখৎলকলে—কুঞ্জোবাবু মুভাইরুরমাল্লে— "থেঙ্কস বাবু—হেগুসেক" হায়হুনা ঐগী খুৎ নামা পায়শিনখ্রে। ট্রেন চেল্লবনিনা গজ ২০ মুক চেন্না চেন্না হেগুসেক তৌরগা থাদোক-পীরমলে—হকচাং হুযাংনা পুমচোৎ—শারবা লক্ষ্ণৌদা। রেষ্টরা অমদা লছি গ্ল'স অমমম থক্লুনা হুমা' খরদং হন্থহল্লম্মী। জয় পীশক পোথাখ্রে—লছিরা, চারা, সেকমাইরা— মফম থঙখিদ্রে।

ইম্ফাল—৫-৮-৬৪ ইং

---

## "লৈমা শান্তি"

মুমিং অহু থাশি মুমিংকী মমল্ঙবা অহিংনি। মপান্দা শুক্লা মম্লি; মমুংদা থাওমৈ ভাল্লা থাল্লি। চাওরব', নীংথিনা লৈতেংলবা কানি, টিউব লাইট ভাল্লা থাল্লি। কনাগুম্বা আর্টিষ্ট অমনা চম্লা ফজবা মওংগী পুক্লীংগা চাননা য়েক্লবা কেনভাস অমদা লৈবা অয়েকপা দৃশ্য অমগুম্বা য়েংবদা ফজে। মিহুৎখোঙ লাওনা

হাংদোকই—মিহুখোঙ্‌গা নক্লনা থাবা সাইড টেবল্ অমগী মথক্তা জিন্, রম্, হুইস্কী, বিয়ার, ব্রাণ্ডিগী লৌল্লী পরেং লৈ—মনাক্তা কৃষ্টেলগুম্না লুরবা ময়ায় চেংতক তোবা গ্লাস অমা লৈ; টেবল অহুগী মনাক্তা ইজি চেয়ার অমদা ফম্‌লি প্রোফেসার বীরেন। জিন, রম, হুইস্কীগী কোক্‌টেল পেগ্ অমগী মথংদা অমা নিট্ ওইনা থকই—অমম্বা মপান্দা য়েংই, অমুক্ কোক্‌টেল শেম্না থকই,—চেয়ারদা ভাথহুনা ফমই। কোকটেল নিটস পেগ্ মঙা তরুক্ মথং মথং থুনা কুৎ কুৎ থকচিল্লগা অমম্বা মপান্দা য়েংলগা—হায়-রম্‌ই শেংফাত্তুনা লৈয়েং ফাইরপ্না—"লৈশাবী অমনা থোঙ্ পায়-হুনা হায়জরবদা করম্না য়ারোইদোরিবনো?"

ইমুংদা, কা অহুদা, গালিচা থক্তা খুক্তু অনি থুপচিন্দুনা ওইথংবা খুং শোনা য়েংলোমদা মমায় পৈরপ্ ফম্লম্মী লৈমা শান্তি, কপ্লম্মী শুংশুং। শাংলবা চোইরবা শম্না মায়থোং অহু তম্বায় অমা খুম্‌জিল্লম্মী, কোমলপ্ তৌনা থোম্না শাদনা ফম্বনা লেংজুন-দগী ইম্নফী নাম্নহুনা হকচাং কায়াংকী ফীবম তরু তরু লাকশিনবা য়ানা উরম্মী—মরক মরক্তা য়েংলংবা খুংনা ইম্নফী ফিজিন্ পায়হনা মমিত্তুগী পি তৈথোক্লমই—মুংশা ফুইনা হোম্লগা শাওরংননা হায়-রম্মী—"মীনায় কোনফেংবীগী মচানিকো লৌনবম্নু য়াদবা—ইসং ইচাগুম্না য়োক্লগা।"

অনিমক্ কনা অমত্তা থল্লমদে, থাজরমদে অশুম্না শুভাইভবা ফয়া থোক্লকপা য়াই ঈংনা পাল্লম্বা য়ুম অহুদা। লৈমশিজ অচৌ অশাং মচানি-মীনা শীংথনবী ফজবীনি,—কৈরোয় লৈকায়না কম্লক মিতৈনফম্ ওইরম্বা ইমুংনি—। ঈংনা ফজনা পানবনি প্রো-ফেসারগী য়ুম, লৈমগী মতৈ মনাওসি হুংশি চাম্না লৈবনি—

মচা য়েংই ৱাংলে, চান থক্রুবগী ৱানিভাই লৈতে – মরক মরক্তা নৃত্যকলাগী ঙইয়াংনা থল্লগা মুমিদাংৱাইরম খুদিঙ্গী— অঙ্গংবা মমগী মুরনা অরা.বা অতিয়া নিলহল্লগা—অঙ্গংবা অপেনবা হায়-বগুগী মফম্ অমা ওইরখনি— । অদুবু ওসি দ লংলা অদু তংখ্রমাল্লে ইচাই চা রে - কুন্দো পারেংগী লৈরাংশিংদো ।

করম্বা ফত্রবা ফেনফম্দা হিংচাবী অদু লাকখ্রবা, সিঙ্গম্বা কুপ্ত অসিদা । করম্বা লাইরোনা শুক্লাংখ্রবা ! অচোপ্ অরেম্ থঙথিজ্রে ইজং ইরাং হাল্লাকখ্রে জুং চায় চাদে য়েংথিজ্রে ! ইসং মঙ দা ফাওবা মঙ্লমদে ।

নোংমা প্রোফেসার বীরেন তোম্বীখোয়দা চৎলুই । মী উথিনি থঙথিনি হায়দুনা মুমিৎ তারবা তুংদা লোম্না থৈনা থৈনা চৎপনি । অদুবু উহৌবা য়াওরমাললে,—কল্লক চাওবা লৈকায় অদুগী পা-থঙ্শিং অদুনা য়ুম অদু কোয়শিনখ্রে । কন্সা কৎকনি নিম্নরক্লে লৈকায় ৱাথোক ওইরক্লে । প্রোফেসার করিমত্তা চেন্দে . লোংনা মায়রোং য়াথি থর কেমথরক্লবদা, য়ুমদা হললকখি লৈম শান্তিগী নাক্তা; করিস্মু তোদবা শানা অহিং ঙম্ব লেনখি ।

অদুবু থোকখিবনি থক্তিকনি; মীরা ভাঙনবা পাম্বা মীওই-বনা ৱারী শানবনা অনৌ অনৌবা মাগী মাগী বাথল—লৈথেক্ অমুক হাপচিন্নুনা অচৌবা উপন্যাস শেম্বনি । য়ৌথি নাকোঙদা লৈমা শান্তিগী—চাইমাগী পাত্র কয়া থুগাইখি ।

থনখি শান্তি—য়ুমদগী তাম্হোকখ্রবসু অমুক ফাখ্রেদো !—

করম্বা লাইব্রানো ! অদুবু ৌথিবগীদি হৌখ্রে......মনা মনিন্ নাহদনা পোইশিনবা য়ারবদি । অদুবু হায়রুবা পুম্বা মনানা তাদে । করি লাইব্রানো কন্খ্রেদা ।

প্রোফেসার করিস্মু থৌওইনা তাদে—কোক্টেল, অদু মথং মথং থকলম্মী—অমম্বা মপাল অদুদা ওস্থোক্লুনা অমম্বা অদু য়েং-দুনা লৈরম্মী ।

অওইবমক্ বীরেন্ মহৌশাগী শাক্তংতগী ফন য়াম্না হোংখ্রে । লৈবী চংপা মক্তদা করিগুম্বা মফমদা লম্বী ময়ায়দা চপ লেপ্লুনা নাকল্ অমদা অমুক য়েং ; অমরোমদা চংকদবোই থেঙ্মলগা অমরোমদা হেক চং তৌরম্মী । কলেজগী ক্লাসকী থবক্ পুক্লীং চঙ্লমদে, মমাম্নবগস্মু হৌজিক কয়া তোংন-তিন্নখিদ্রে—মহৌশাগী ফিভম্ নত্তে—করিগুম্বদা এবসেণ্ট মাইংথেদ হেক ওই । করিগুম্বা কান্দস্মু ওন্নতৈনবা ৱা হেক ভাঙ্থোরকই ।

ওইনচাওবী লৈমা শান্তি করিগুমবা কান্দা থাইনরসিন্না হেক থল্লি;—অদুবু মচাশিংগী থন্বদা মপূক ফাথদুনা হেক হেক লৈ । মচান্নুপা সনা অমস্মুং মচান্নুপী বীনানা ঋল কারমদাইদস্মু—কুম-লকপদস্মু—চারমদাইদস্মু—তুমলমদাইদস্মু তস্তুনা হংই—"মামী নঙ্গা বাবাগা করি তৌনরবগে—থংনরবরা—নখোয় অনি ৱা ককাস্মু কয়া ভাঙ্নদে—নথন্নাই ইমুং-মুভাইতনা উই ।"

মচাশিং থঙথিনি হায়দুনা শাওনিংবা মুভাইতবা পুম্বা লোং-শিন্দুনা হান্নগী মওং অদু কায়দনা চংনবা হোংদৈ । মমান্নবা মমান্নবী লাকপদা, কৈরোয় লৈকায়গী মচে মনেম লাকপদা ভরাম্ ভরাম্ তৌই -হান্নগীহান্নগী অদুমঙাই ফিভম্ ইহোং হোংবা মান্না উত্তে

মখোয় অনিমক অহুবু মীয়াম্না ভাংনরিবা, হায়নরিবা অহুদি অনি-মক্কী নাকোংদা ইয়ৌ হেক য়োই। অমুম্না মুভাইতবগী নুংহুম অমা পুক্নুংদা ফুমহনা লৈনবসে হুন য়াম্না মা'নিভাইনি।

অমরোমদা তোম্বীথোয়গী ইমুংনা এড্ ভরতাইজ তৌবসে য়াম্না কা হেন্না পাম্মী। ইরাক্ লাক্তবহুম্ম হুভিগী লাক্ই হায়না ছন্দোকই। উথোঙ্ অমত্তং লৈরকপদা য়ুম্ জিজ্খনা কুপতুনা শাগদৌরে—আদগী য়ুমহু হন্দোক্নুনা সিদা লাকদৌরিবনি—লৈগ-দৌরিবনি হেক হায়। চা লিক্ মোহোর ১০গী ২০গী শাবীরে, হা দৌ পরি অনি অহুম লৈবীরে—অমুক্তোইনা শন্দোকই। ইকাই ইকি বাংমা লানখ্রে—। অঙকপনি অতোম্বীগী শাক্সং।

তৌরিবা, হায়রিবা পুম্বসিদি য়োখি লৈমা শান্তিগী নাকোংদা থর হেন্না হাপচিন্দুনা—ওমচাক্লবা অমুক হেলহন্নমই। করিগুম্বা কান্দসু হু চাহনা শিরশিরা খল্লি—। অহুবু মুপানি, ভাওরবসু অমুক হম্বরকখিবা য়াই খল্লি—। শিননবগী পাঙ্গল থৌনাসু লৈতে;—মরু ওইনা করিগুম্বা শিদোকখ্রবদি অতোম্বী অসিনা পুংসুপ শুপ-হৌরনি-থল্লুবদা কল্লকপনা শিবা ভমদে—থোইদোক্লা মচা অনিগী-দমক খন্দবা ভমদে। হৌজিক্তি মচা অনি অসিনা মাগী পাঙ্গল্ ওইরি লৈমা শান্তি। "অহুবু হন্‌বা নাইদে—কনখ্রেদকো লাই-রাসে" থোইদৌ পৃ পৃ শাওগত্তুনা ভকুসি খোম্নুনা থাওই।

মহাকসু হুন য়াম্না খিরুয়ে চংনুরে—লাইরিক হৈবী ওইবনা অহানবদা অসিগুম্বসি য়াম্না থাজরমদবা ওইরবসু—তৌজিক্তি কোয়খি খিরুরবনি। হা অম্রোমী শাজো, লৈত্রাম্গী তোকৈন্, ফায়েংগী চাওম্ব, খুরখুল জুবা, পাঙন তোম্বা, কবুই চাওবা—

অহবু করিস্ন কান্নবা ফংদ্রে-শেনতা তিংদুনা তোকলে—থাঙ্‌ ঈশিং লাইরা তীনরা করিত্ত চা ভমখিদ্রে; হেনখ্রে অতোম্বীগীসিনা। অদুগু আশা অমত্তুংদি—নহান পাঞ্জি য়েংলুবদা মধুমঙ্গল পাঞ্জি শংলাকপনা হায়রকই—"চহি মতাঙননি, দযা কয়া পাঙদ্রি— লৈবাকপোকপগী মন্নুংদা শনিনা চারি অদুনা য়ুমদা কয়া লৈনিঙ-লোই—থা ৬ লৈরগা করক্লগনি রাক্লমু—শগোলশেন্না উকল্‌ ওইরি প্রতিকার যণ অমুবী মখোম্না গোপালদেবদা ক্ষীর কংলু"। ঙরাংতা মাইবী শেল হুল্লুবদস্নু মাইবী অঙোবীনা হায়রকই "য়েংকী লম-দাংগী রানি—সনামহি লৈতাদ্রে সনামহিদা ধুপ, খোইরু থাঙ-মৈ—হৈরুক তাঙ্গ পানা তাঙ্গ সিধা কংলু—মৈতৈ ভমু উশিন তৌ—! ৰুক শৌবীদা খয়োম লাকখোকউ—থা ৬ লোম লৈরগা ফরক্কনি"। মাইবী পাঞ্জি মন্না চানরে। থা তরুকুং অন্নাবা থাঙ্‌-লগা ফবা য়ারে খন্দুনা লৈমা শান্তি মলুক্‌ ফাথদুনা লৈরি।

অদুবু অমুক অমুক লোইদৌ শাওগংলক্লুনা মথন্তা প্রোক্‌ প্রোক্‌ চাকলম্মী—কম্রিগুরা মতমদস্নু মথন্তা লোম্না লোম্না কপ্‌-চরম্মী। নিন্‌ফুং নিন্‌ফুং তারক্লে—থা মরি শুখ্রে—ইস। মাঙলেদকো ইরুংপুন্না লোইরেদকো থল্লমই।

ঙসিদি মচা অমি অদু মখোয়গী মামোনা চাক্‌ কৌদুনা চংখি। মখোয় অনিতা ঙায়রে—কা অদুদা। শুং শুং কপত্তুনা তারিবা মপিদু তৈখোক্লগা মন্নী লৈরুম্বা খোঙা পূন্না পুখোক্লুনা হায়রম্মী:—"কৈদোবগে য়ুরুক্কি হান্নরিবদে অকুপা তাবীরু— মী অদুস্নু থিরুবরনি—য়ুরবনি,—ঐখোই পান্নি অকাপ জুপা লিপিং অমত্তুংগতসি পীগদবা; মতুদি কনিংনু লৈতুবনি;—ঐঙোন্দা লোইনা

লৈরবনি। হোয়ডা হায়বীরগা লোইরে।.....হয়েং অয়ুক মহাক লাকনি,—ইজং পূম্বা মাঙ্‌বা তারে য়াবিত্রবদি—।

প্রোফেসার বীরেন হায়গীহ্ মডায়, বা অমস্তা থুমদে। কোপোন পৃক পৃক কারবা বিয়ার গ্রাস অমা তপ্না তপ্না চিংলগা অমুক্তং মডোন্দা ওনশিল্লকই। বা ˋথর ডাঙ্গে তৌরম্মী—অহুদগী তোকথোক্তুনা অমম্বা মপং অহু মিহুখোংলোমদা ওম্বোকতুনা য়েংহুনা লৈরম্মী।

লৈমা শান্তিনা মখা তারকই—"ইজং হায়বসিবু য়েংলরোইব্রা? অতোপ্পা অমা ওইরমলবদি ঐস্ম করিস্ম হায়জরোইদৌবনি—অহুবু মাসদি মীনায় কোনকেংবাগী মচানি।—ইস তৌবা ভমব্রেদা—মাবু ইচাগুম্না য়োক্লগা......।" অমুকস্ম মপি অহু শুং শুং তৈথোকই। বীরেন মডোন্দা ওনশিন্দুনা মুম্বা য়েংই। বিয়ার গ্রাস অমা কুং লাওনা থকচিল্লি। অমুকস্ম ব্রাণ্ডি পেক অমা হৈরগা মথুংনা পায়-হুনা লৈ—বা থর থুমলক্কদবোই খল্লি—অহুবু করিস্ম থুমলক্তে; অমম্বা মপান্দা ওম্বোক্তুনা অহুম য়েংহুনা লৈ।

লৈমা শান্তিনা অমুক শমথরকই—"সে অহু অদা থডদে... হয়েং অয়ুক মী অহু শোয়দনা লাক্লগনি। য়াম্না বানা থিক্লরবনি—শোয়দনা ফনবা অহুম শীনবীরো...... ।"

মতম থর তুমিন তুমিন্না লৈনরে। প্রোফেসার ব্রাণ্ডি নিটস অহু থকলে—অহুদগী মথং মথং হুইস্কী, রম, জিন্‌, বিয়ার, ব্রাণ্ডি পেক অমগী মথংদা পেক, মথং মথং শিম্ন শিম্ননা নিটসতা থক্লম্মী। বোটলপুম্বা মনিং মমাং ওম্বোকলে, চিহুনা থকলে, খালি ওইরে। অরোইবা রাউণ্ড অহু কুং লাওনা থকচিল্লগা অমম্বা মপান্দা

ওন্থোকহুনা—লৈয়েং ফাইরপনা লুম্না থা-না হায়রকই—"অহুবু লৈশাবী অমনা খোঙ পায়হুনা হায়জরবদা করমনা য়াদনা তোকসিগে ?"

তমেংলোং --২৫-৮-৬৭ ইং

---

# মাগুলোংগী পাখঙ অমা

মমানা কোন্দুনা লৈখিবা ভসি মঙানি শুখ্রে। চাগনি থকনি থন্‌খিদ্রে—অরাম্‌ খোরাং চঙখিদ্রে। অঙকপনি মমানা মচা নীংবা। মশা অহু ময়াঙ কংত্রিক্‌ কংখ্রে। অহু ফাওবা মচাবু কোন্দুনা লৈবা থাদোকখিদ্রে। মসি মাগুলোং খুনগী খুন্নাকপগী য়ুমদানি।

তরুক্রি শুবা হুমিত্তা ময়াঙ কংলবী অরাম্‌ খোরাংবনা ব্বারবী মমা অহু মপান্‌ খোরকলে। অফং অফংবা চাবা য়াবা পোং চাবা হৌরকলে। হুমিৎ কয়ানি চরা হেল্লুরবনি—করম্না চানীং থক-নীংলোইদোরিবনো ? মতুংদা ইল্লকলি মচা অহুমথক—"চিক চিক"। মচাগী হাকন্‌ চঙবদা মমাহু—মনাক্তা কনামত্তা চঙবা য়ারমদে।

মচাগী হাকন চঙবত্তা নত্তনা মচিঞাক ইনবিরম্মী, অহুদগী মচিঞাক মথন মথন্তা খুনব তন্বীরে, চৎপা তন্বীরে, মরোল তন্বীরে—"কু কু কু কু কু"। মমাগী মতুং কোয়চন্‌ ইনবা হৈজ-রকলে শিংজরক্লে-মথন্‌ মথন্তা চখোক চৎশিন ভমলকলে—লৈকায় কোয়হুনা মমান্নবগা শান্নমিন্নবা, কোয়মিন্নবা, থংনবা,

য়েনবা, কাওনবা ওমজরকপে। মখোয় অহুমন্ খোম্বাং গুনা ইংশ শক্পা হৈরকলে, শারেপ মু রক্লে ;—"কে ক্রেক কে"।

নোংমদি অযুক য়েন্দা অওনবদা পাখংবা শারেপ ফাবদো পাখংবা লৈশা কয়াগা চীংয়াঙ লান্না চংলম্মী। চঙশকলে শুক্রবা উমং কারকলে য়াংলবা চীংদোন। য়াংলবা চীংদোন থক্তা লেপ্তুনা লৈশানা ইকোয় কোয় য়েংলম্মী খাংনোংপোকলোমগী লম্। চীংলোন কয়া কয়ানা কোয়শিল্লবা চীংদোনগা শম্ম শম্মনা লৈখিবা পাক্লবা অতিয়ামখাদা, মুমিংকী মশেক্লা য়েবদা অশংবা চীংদোন সনা ফুদোংবা মাল্লবা—য়েংবদা পূক্নীং তুজুংই। হায়নবা লৈ—"মফম অসিদনি গাইদেলুনা লেপ্তুনা খুদোম্বী থিন্দুনা তাকখিফম্-মাগী জেমীগী লৈবাক ওইরবনি" হায়খিবা।

হায়নরক্লে খ্বাইপূম্বা য়েংলুসি শুরুং গাইডেলুনা লৌংফম, লৈশা পাখংবা দুহোংফম। থর অম্মুম চংলকপা খেংনরে দং দং মখাদা ইহো হোংরবা। চঙফম খোংজিল য়োরক্লে—খুংশম্মনা চঙলকলে। অমম্বা মরক্তা চীংগী শুরুংনি ;—লেপ্পা চংপা য়াবা মফম্, নোম্থ নোম্থ চৎপা মফম—মুঙাইরক্তা চংলক্লে—করিগুম্বা চীং কীম্থ-রক্লুন খোকফম থিংখ্রা ওঃ থল্লুবা পামজদে য়াখলনা।

খংহৌদনা শেকপী পাইখোরকপা থখরেদা পাখংবা লৈশ! হায়নৈদো শেকপী অঙোবা খেংনবা হিংনা খোকপা ওমগনদে। ময়ায়রাইদা লৈবমলে পাক্লবা মফম,—মসিদনি জেমী পাখংবা লৈশানা লুহোংং য়াশক্লফম! নাকন্ অমদা চংলে মসিদা লৈরম্মী গাইদেলু। ঈশংগী থরুং, য়ুগী ভুম্বা, চয়োমগী লোইহোরা—হোংজিক ফাওবা লৈরিদো। মতম তাংলৌ খেঙংক্লবদা হল্লক্লে পাখংবা শারেপ ফারবা মখোয় ময়াম লোয়ননা! পে খারে থুনয়াইদ।

থুংলম্লে খুন্দা খুরাত্তোন্ পরমস্থুইবৌ। ব্রোক্কী মোহররনি—মচীন তোঙবনি! তমেংলোংগী অখোইবা সহর তমেংলোংদা লৈবনি। অঙাং ময়াম য়েংনরম্মী—তারম্মী লায়াংগী রারী। ঐস্থু থোক্রম্মী উনরুসিরা খুরাত্তোন। হৱেং চংখিগদবনি—থবক্ অমগী লাকপনি। ঙাইঙমদরে—ঐবু থিরক্লে খুরাত্তোন।

"লায়াংদা চংলুসি—এস: ডি: ও: উনরুসি"—

কয়াদা লুঙাইরবা,—খঙনাংবা, উনীংবা, য়েংনাংবা—চায়ফম খঙদে লুঙাইবনা। ইমাম্নবাশিংনা হায় লাহৰক ফৈ নহাক্সে। অমুকস্থু হায় খললুবদা—ইমা ইচা, মরুপ-মপাং পাখঙ লৈশা লোইনা কায়নবা তাই। রাদবা ঙম্দেদা পাখঙ মখোক কাবা ও:।

নোং ঙাম্লে—অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা খুরাত্তোম্না খুংশমনা পাংলকলে তমেংলোংগী লম্বীদা। কৃমথরক্পা হৌরম্মী—চীংলম্বী লৌরম্বী তুরেল মচা লান্দুনা। মুমিংনা কাখংলক্পগা লম্বীনগা ঙম্বগা রাদবা নক্তে পাখংও। হন্না অমুক্তং য়েংবদা উরে অথাম্বনা মাগী পোক্রফম খুঙ্গাও। চংপা লেপ্লক্তবনা মুমিংনা চায়থরকপদা যৌরে ইম্পা খুল। ইম্পা খুল্লাকপা খুরাত্তোনগী মরূপনি। অহিং লেক্লে ইম্পাদা। অমুক ঙম্না হৌদুনা ইনেম্ লমদম পাংলক্লে। মুমিং য়ূংবদা ইনেম য়ৌরে! ইনেম খুল্লাকপগীদা পাখঙফালদা চঙদুনা লৈয়ু তুম্বা থকলে,—অমুক চংপা হৌরক্লে। মুমিং তারম-দাইদা য়ৌরে তানিঙজম। পোত্থরে। মথংগী অয়ুক্তা অমূক চংপা হৌরে। কয়াদা ফজখ্রবা মকু তম্পাক, অয়ুক অঙনবদা ভিরি মাংকৈ, চীংখাঙদা লৈবা লৈচিল মপৈ—অথাম্বদা উবা মরক মরক্তা লৈচিল্লক্তা থিন্দোরকপা চীংদোল্,—অপাকপা ঈশিং ঈয়ায়দা তাবা মানবা চীংগী খুলশিং—ফজবগী হায়নিঙাই লৈক্তে।

সমুদ্র হায়বত্থু উজত্রি—অদুবু হায়নৈ চীংদোলশিং অদু পাক্লবা ঈপাক সমুদ্র ময়ায়দা লৈবা ঈথৎ মাপ্লি—ফজে হাযনৈ।

তানিঙজমদগী কেলোং য়োরে। চা মগ অমা থক্লগা হাইথ-রকপনা নামতিরাম আজুরাম ফাওহনা শরাপ্পা যোরে। অহিং লেক্লে শরাপ্পদা। মথংগী অয়ুক্তা কুমথরকলে বরাক তম্না—তমেং-লোংগী লম্বীদ'। শোঙলবা লম্বীদা থুরাতোননা খুংশম্না কুমথ-রকলে; বরাক্ খোঙবান্ য়োরে। লুরবা বরাক্তী লাইজনা চেন থরী মথা পাংনা। লাল্লে হিদা তোংহনা-কারকলে তমেংলোং লম্বীদা লৌরম্বী শম্না। মুমিৎ তারমদাইদা হুমাংনা ইশৌ শৌ য়োরে লায়াংদা; পোত্থারে। হ...নি উনগদবা এসঃ ডিঃ ওঃ সাহেব--থল্লি কনা ওইরমগবা?

অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা হোরে,—মিং মায় তারে,—মরৈপন অমা ইন্দুনা কাখংলক্লে থুরাতোনগা লোয়ননা এস ডি ওগী বাঙ্গলা তম্না। পূক্লীং মরাঙ মরাঙই—কনা ওইরমগবা এস ডি ও সাহেব? করম্বা মীওং ওইরমগবা, কনা মাল্লমগবা, মপুক্ মপাও ফরমগদ্রা? বাঙ্গলা য়োরে—কয়াদা ফজরিবা! চাওরবা অঙাঙবা র তৈবা তিম্না কুপ্না যূমনি,- উপাক্লা কাংথক্ হাই—লংলবা মিংশেল থোঙ, মিহুত্থোঙ পাম্লি—ভেরাণ্ডাদা অতোবা রং তৈরবা উনা যম্বনগুম লোয়শিল্লি। থোঙ, মিহুত্থোঙ মপাদা অঙাঙব মুখল থললি। য়ুমগী যুমথক্তা মুঙগী মৈথ্ থোক্লবা অমম্বু লৈ -মহু চেমনিনি হায়। বাঙ্গলাগী অকোয়বা চাং মান্নরা ককলবা যম্বনলৈ হোরি— মমুংদা মথল্ কয়াগী পরেং নাইনা থারবা মালিন মথোঙ তাওনা শেম্বা লৈ পাম্বীশিং -খামফম্ লমপাক—উচান পাম্বী হোরবা

চীংতুম মচাদা ভাইহাক ক্ষম্‌ফম্ -অঙাংবা আতরঙ্গাপকী পাম্বী, উমথক্তা উরৈ মখল শুনা য়েংবদা মিৎফম্ হোংবা য়াদে, ফম্ত্রে।

ভাইহাক্ লৈবগা পোরকলে এস ডি ও সাহেব। য়াইমরপ ওইনা ব্রা' চাওই—মরেপকা মভানগা মরেপ্পা ভমই,—কুচু ভৌই—মায়থোং মকারাম্‌ই—য়েংবদা মবুক তপ্পা অফবা মী ওইনা উই। ভাইহাক ব্রারী শারবা তু'দা খুর'তোম্না ঐবু এস ডি ও সাহেবকী বাঙ্গলাদা লৈহোরে। হায়রমলগা চৎখ্রে।

ঐখোয়গী লৈফম পাখঙফালদা লৈরে। এস ডি ও সাহেবকী বাঙ্গলাদা পাখঙফাল লৈশাফাল থংননা, শম্না হায়রবদা পূননা লৈ। পাখঙফালদা লৈরমলে অখুই, খোংজ্রোন্ ব্রাইরংগী পাখঙশিং; লৈশাফালদসু লৈরমই থারোন, খোংজ্রোন্, ভালোক, খেবুগী লৈশাশিং। ঐনা থুংলবা মুমিৎ নিনিগী তুংদা, থুংলরে মশক মতৌ ফজরবী তমেংলোংগী লৈশা অমা; উবমক্তদা ঐগী থম্মোই তথক তথকই। মথংগী মুমিত্তা লাকলে দাইলোংগী পাখঙ অমসু শামান্ লেংমান্নবনি, ঐখোয় অনি। শক ফজবী, শকহেনবী তমেংলোং উবদা ঐখোয়নিমক শুমহৎখ্রে। ঐনা থম্লমই—ঐনা মাগী মতিক চাবা মুপানি, মানসু ঐবু হেন্না মুংশিমাল্লে। তমেংলোং মহাকথক্তীদমক দাইলোংগা ঐগা ইতত্ততুনা শয়ে' পাম্বোম ভান-রম্মী। মুপীনা য়াবা ঐহাকসে কয়াদা মায় পাকখ্রবা। তমেং-লোংনা ঐবু য়ারবদা ঐনা কিবা কনাসু লৈত্রে শামাল্লবা দাইলোং ঐ উবদা চেন্দুনা থাঙলে। থম্বন চাওরবা ইম্মাংদা মহাক তমেংলোংগী মনাক নকপা ভমলমদে। কয়াদা মুংভাইরবা!

ভসিদি নোংমাইজিংনি—লায়াং চীংদোঙ অয়ুক্তগী মচু কয়াগী কীজোল লৈতেংলে। অয়ুক্তা গীর্জ্জাদগী য়ৈরকপা কংশি মখোল—

সি আর পী কেম্প মনাক্তা লৈবা কালি মন্দিরদগী শক্লকপা ঈশৈনা অতিয়া থল্লে। আহোকডা শেংলবী, মরৈপন ইল্লবী লৈশা কয়া ত্রাউজর, তাই পুনবা পাখণ্ড কম্না গীর্জ্জা তম্না চংনরি। মাথিউ যোহন্নচিংবনা লে'বা যিশু খৃষ্টগী ঈশৈ কয়ানা লায়াং চৌ'দোন নিল্লে। লম্নৌ লমখাঙ মী চংনত্রে। লৈশা পাখণ্ডগী লাইশোন ঈশৈ—নোংচুপ্লোমগী শুরদা ব্রাংনা হাইগংলক্লুনা অহাঙবা আকাশতা তিনখ্রে ; স্পেনিস গিটরগী খোঞ্জেলগা হারিগী নিং নিং খোঞ্জেলগা অমত্তা ওইখ্রবরা খল্লি।

ঐখোয় পূম্না তমেংলোং, থারোন খো'ঞ্জোন্ খেবুগী লৈশাগা লোয়ননা কে—না লায়াংগী দৃশ্য য়েংবা চঙলম্মী। হরাও ব্রারী শারম্মী, নোকখেরম্মী ; অমগী মতো অমনা তম পাখণ্ড লৈশা ঙাথু-খেংথু কোয়রম্মী। কয়াগী মতিক ঙ্গভাইবা, পুক্নীং মথুম মরাং হৌরম্মী। মহৌশাগী কুঞ্জবোম্না থল্লবা উ'র. উনা অশং-অপেংকী মিংক্ষম হোংবা য়াত্রবা লায়াংগী দৃশ্য পুক্নীং হুনিঙাইনি ; লৈশা পাখণ্ডগী থম্মোয় মহী লাঙোইদবগী মরম লৈতবনি। মচি অমদা অচিকপদা লৈরম্মী ব্রা ব্রা চেনবা ইফূং মচা লোক মচা কয়া মিংনাইদবী। অচিক্পদা লাঙদনা চংলবদি থন্দবা হমদে কনাগুম্বী লৈশাশিংনা ময়েক শেংলম শেংকাত্তুনা ব্রারী ব্রাতাই শাহনা হাইফেং নোক-খেহনা লোক অহুদা ঈক মাইথরি মাল্লে। নকশিল্লক্লবা মতমদতা খঙবা ঙমলমই—ঈশিংনা ব্রাই ব্রাই চেনবনি,—হুংগাটরক্তা খেংবদা—"অয়ো অয়ো অয়ো অয়ো" হায়বনি। মওং কয়াগী লৈচিলনা লৈনেংবা অতিয়া উমংগী লৈরাংনা অশংবা উনারক্তা অশং অঙাং, অঙৌ, নাপুগী মনি মুক্তা থিল্লবা অচিকপা কুঞ্জ'বোন মচা মচানা

মাঙদা—অরেপ্পা লৈতনা নিংনিং খোংবা হারিবী খোঙ্গেল যুম্নাক্ খুন্নাক্। নকুলকপদা পূজা তম্ব পীবা যেম্নাশিংগী খোঙ্গাং—"কেকেক্ ক্রে"; য়ম্নৌশিংগী 'কু কু কু কু" পুক্নেম লেহেক যেন্নাও শিংগী "পি পি পি পি" লৈদম—কনাগী পুক্নাং করম্না মুত্তোঙ্গোত্‌দগে? মুংশিনব। শাবা শানৌগুদি কর অমুক শায়বসিগে?

উবক্তা শিংপা ব্রাই ব্রাই লাওবা মুংশিংকা খাঙ্গেনা মাথে ন তাদবা মকম কয়াদা খলহন্নী ঐখে যগী চতো উবদা খুবাক খুত্না ব্রা ব্রা নোকপনি।

গীর্জাদা চঙলে, লৈশা পাখৈ পরেং পরেং ফমত্না তাবে ভেকনগী সার্মন—তারে শকলে লাইশোন ঈশ কয়া। লোইরবদা খোরকলে অমুক কোয়বা। য়েংলুরে সিকাইগী কেম্প মথং মথং চংলে গবর্ণমেন্ট ফার্ম। উনরুরে মতাশিংগা ফামদা লৈবা। অমুনবা হৈ য়েন্নত্না চাবে—শাংলম্না লৈ উমংগী লৈবাং থেংনীরে ঐনা তমেংলোংগী নাম্পদা খোংজেন খেবু, থবোক—নিংচিনা য়েংই—নোকফেং তোই কল্লক মাংকান। ডাইলা, অখুই ব্রাইরং য়েংই মিং খারপ—শাওসনবা মও নি—চুপীনা য়াবা ঐহাক্তী কনাবু কিক্ননা।

হন্নকলে মুমিদাংব্রাইবমদা—এস ডি ও সাহেবকী বাঙ্গলাদা, অচিকপদা ফজনা ককনব নাপীথক্তা—উচাও, যাপ্পা মথোঙদা ফম্লম্মী এস ডি ও সাহেব মথম্না তাবগ্নে ব্যান্ড ঈইবদগী ইম্ফাল প্রোগ্রাম। মতম অহু মুংশিং ক শিংলাদে। ... দা লফুবিং মরক্তা—ভাবিনা প্রেমোম্মী হায়দ্রোঞ্জিয়াগী কুপ্পুরেন লক্তা তমেং-লোংগা ঐগা কোয়চেন চেন্দুনা নোকথত্না শান্নবম্মী। মরক

মরক্তা লৈরক্তা তমেংলোংনা লোংলি; ঐনা থি, ঐনা লোংলি, তমেংলোংনা থি—মপুকম্বু নোকমিন্নি—খুংপায়না চিংনৈ। অম্মম্বা কেকু লোংপী শান্নবদা লফুরিং মকুমদা ঐনা লেপ্পা তুমিন্না তমেংলোং উহৎনা লৈবনী। মতম অদু মুংশিং শিংলমদে, সাহেবনা ঐগী মায়কৈদা মুন্না য়েংলমমে, ইকাইবোই করিবোই অমুক উদনবা লৈশিল্লম্মী—সাহেবনা মতম য়েংহনবা লৈবা অদু ঐনা লফুরিং মরক্তগী উরম্মী। থাংগলে বদি সাহেবনা ঐবু উবদি নত্তে—অদুদা ঐগী কোক্তগী তুবা অঙাংবা অদু লফুরিং মবক্তা ফজনা উরম্মী—অথাঙ্গদগী য়েংবদা অঙাংবা লফুরিং মপালগুম উরমাল্লে—থোইদোক্তা নুংশিত্তি শিঙবা মতম অমা ঐনা লেঙবদা ঐগী অঙাংবা তুপী অহুনা লেঙবদে—মথ প্লদগী য়েংবদা নুংশিত্তি শিত্তনা লৈ অদুম-খক্তনা হাংবিবা করিগীনা হাযনা শন্দূনা মুন্না য়েংবা ওইবমাল্লে—পুথাইনুক মুন্না য়েংহুনা লৈরম্মী সাহেব। মতম অদুদা তমেংলোংনা ঐবু উয়হুনা খুং পাংদ্রহনা চিংলগা নোকপা অদুদা ঐখোয়নি হায়বা খঙলহুনা সাহেব মনায় লৈগাকখ্রে।

অহি ভইরগে। নুমিৎ অদু পূর্ণিমা মতুং নিনি কোনবনি। ঐখোয় পখং লৈশা পুনা পাখঙ লৈশা কালদা চঙনবে—পোত্থানরে অদুবু মথুম মরক চেংবা ঐদি তুম্বা য়াদরে মপাল থোরকলে। মতম অদু পু ৮ লোম তাবগে ন। পাক্তবা মুরৈনববা অতিয়াদা নিনি কোনবগা থাজনা নুনা লপা ফুদোংবগুম থোক্রম্মী। তমেং-লোংম্ভু তূখা য়াগ্রম্মারে মপান্দা থোক্তুনা থাজগী ফজবা য়েংহুনা লৈবম্বা থেনকবে। ইখঙ খঙহৌদনা—পুক্লীংনা খল্লুবা লৈতনা, থোডনা পুন্থুনা কারকলে ঐখোয়নিমক ফজরবা উগান পাধৌলক্তা

য়াংতক্ তৌবা চীংহুম মচা থক্তা। কনাদস্‌ হায়নরুদনা ঐখোয়-নিমক ফম্মিন্নরমই উচান পাম্বী মখোড়দা ঊগী ফাগ থক্লুদা। তমেং-লোংগী মোল্লখা হকচাংনা— মোল্লবা থাবল লক্তা ঐগী হাওলবা হকচাংদা থেংবদা—তুজুং মাজুংই—পূক্লীং মথুম মরাং হৌই—শীং-থাবা ডমদে য়াহৈনা।

খঙহৌদনা পারবা লৈচিল লাক্লে, থাজগী মায়খোং কুপলক্লে। মতম অহুদা থাজগী অকোয়বদা ফজরবা দৃশ্য অমা ওইরক্লে। তমেংলোংনা থুদোম্বীনা থিন্দুনা উৎলম্মী—কম্বাদা ফজথ্রবা; য়েং-থোকখিবদ' উরে—থাজগী অকোয়বদা নাপু মচুগী কালো অকোয়বা ভাংলৈনবা মচুনা ফিবান চনবা— মতুগী মথংদা থংননা অমুক্ শংবানবা মচুগী ভাংলৈনবা মচুনা ফিবান চনবা অকোয়বা অমনা ফজনা লৈতেংলমলে। মসিবু থবিময়ুমস্ কৌই। অহুবু অশুক ফজবা মচু অহুমগী কালো অকোয়বা ম'রিনা লুপা ফুদো লবা থাজবু কোয়শিল্লম্বা থবিময়ুম অ'স অমুক্তস্ উখিত্রি — মিংকম হেংবা য়ারমদে। থাজনা ফজবনে— থাবলনা মেওবনে — তমেং-লোংগী লৈনম চুরবা মোল্লবা হকচাংনা থেংবসিদা—অয়াংবা চীংহুম থকসিদা থন্দবা ডমদে—ঐখোয়'নিবু স্বর্গ হায়বতুদা লৈরবরা ?

অহিংনা ঈচিক হুল্লক্লগা থাজনা য়াংনা কারকলবা মুংশি মুডোলগী য়াথলস্ অরেপ্পা নাইদনা চেম্বরি— মথং মথং ঐগী তমেংলোংগী য়াথল অনিমক অহাওবা অকাশতা তিনখ্রে। অমুম অমুম হৌখি মতম, খঙহৌদনা থাজ নোংচুপ মাইকৈ পাংখ্রে—

নোংপোক অতিয়াদা কোরো মশেক্ উরকলে। মী খঙব্রনি উখ্রনি হায়দনা ঐখে য়নি পরপ পরপ হঞ্জিন্নরে য়ুমদা।

মতমগী খোঙলে খঙহৌদে—লায়াং চৌংদস্থু অচিক অশা ঋতু মথং মথং হোংলি। অরেপ্পা লৈতন নোং তাগপ্লবা লমদম অসিদা নোংজু থাগী নোংখোং ফুয়না তারকল— মিং-মায় পাঙঙম্ত্রে। অচম্ব থাংপোকপুংদা ডম্না লৈনখ্রে খুঙ ইপা ইপল ইচেম ইনেম পুম্বা। ঐবোয়স্থু পঙহেন হেন্দোক্লে ম ং লৈশা ফালদগী।

খঙহৌদনা ঐগী হকচাং ডনলক্ত্রে। তমেংলোংস্থু মশা য়াই শালক্ত্রে। কল্লকচা ওবা ডাইলোং কল্লক পেল্লে, তত্তনা হোরে ঐঙোন্দা শীনবা। খঙহৌদনা পাঙ্গল ময়েং তারক্রবদা শামাপ্লবনা তেমশিংনবা লাম বা ডমলক্ত্রে—কল্লক মাঙদা চা তারে, মানা শীংনবন্থ ঐনা মাযোক য়ারা হন্দরে। অহবু নুংশিখোইবা তমেংলোং ঐগীদমক্তা লেপ্পদা, হাকন চৎপদা লৈকাই মীয়া মীশা তারে—অয়াবা ইকাঙবা কগা নংলে। মায়থাবা ডাইলোংদু নুপীনা য়াদবদো ইকাই শঙ্গোয় নংলে। মানা ঐ, নুংশিরি থনবনা ঐগী পাঙ্গল ওইরক্লে।

ঐগী হারে উবদ এস ডি ও সাহেব নুডাংত্রমল্লে ঐবু লায়েংবিনবা ইম্ফালদা পুবিনবা শেম শারে। নুমিৎ অত্ত অয়ুক্লী, তত্তনা নোং তারম্বা লায়াং—নোং মরিক অমত্তা উত্রে। বিদায় লৌরে মতম থরগী নুংশি খোইরবী তমেংলোংদগী। এস ডি ও সাহেবকী জিপ গাড়িগী কচিন অমদা মরৈপন ইন্দুনা তুমিন্না ফমজরে। খৌরকলে জিপ গাড়ী। পুনশিগী মঙ্গদা গাড়ী তোংবা মসিনা অহানবনি। ডকখ্রে মথয়াই পান্দবা পোৎসিনা ড্রাইভরনা মখোংনা নেৎলগা মথুংনা লৈরগা করন্না লাও খোংহুনা চেল্লিবা? কিবন ইপা পাথৎলি—বোর্নির অমুক অমুক থেক্লক্পদা। থোইদোক্লা তরালোক্ মপা।

লাল্লক্পদা ভমলবা লোকথদা হৈথখ্রদবোই, তাহৌগদবোই থল্লম্মী। গাড়ীগী ফি কুপ্পবা ফি হাপফম্ য়োংকী হুমদাং অহুদা কল্লা পায়হুনা য়াল্লম্মী।

শাংলবা ইস্ফাল তমেংলোং সম্বীনা পোত্থাবা নাইদনা চেল্লক্লে— মুমিংস্থ ব্রাংনা কারক্লে। চাক্ লাম্বগুম্ ওনিংবগুম্ ইল্লং মুডাইরমদে হক্চ সে, খন্দবস্থ ঙম্লম্দে মুংশিথোইরবী তমেলোং। কল্লক্কবস্থ ঙমদে, ডাইলোংনা করি তৌরমগবা? সোনলৌরাম লমলাবা তপেংলোং আইমোল চালব্রা থনমলে—চেল্লা চেল্লা ব্রাইচোং য়োরে। সাহেব দাগ বাঙ্গলাদা খানা চাব চঙখ্রে। ঐবুস্থ খর পীজ পীথক্কবা ওর্দলী অহুনা শাখ্রে। মতমস্থ থেংলক্লে, মুমিংযুংবা মতুং পুং ২ রোম তাখ্রে।

খানা চাবা লোইরবা তুংদা সাহেবনে ঐখোয় পুম্বনে অমুক চংলকপনা থোঙলাং মাওহীং ফাংহুনা মুমিং তারমদাইদা কাং-পোকপী য়োরে শম্বা অহু য়াম্না পাক্লম্মী, চাওর চাওরবা গাড়ী চেল্লম্মী, ম্নেংবদা অঙকপগী মশকনি। অমুক্কস্থ উদ্রিবা চাওর চাওরবা গাড়ী – মখোঙ কুক পানবা, ৪ পানবা, ৮ পানবা কয়ামুক কল্লা কন্না চেক্লমই। অমগী মথক্তা অমনা চেনগৎনবা লাওর লাওরহুনা চেন্নরম্মী। সাহেবকী গাড়ীগী খুৎনা মেংলগা লাওবা অহুগুম্বা মখোয়গীস্থ লাওবা খোংবা মাল্লে। মখোয় ময়াম্না কল্লা কল্লা চেনবা অঙদা, অহুগা ঐখোয়গী গাড়ীদগী হেনগৎপ অহুদা ঐঙোন্দা থেঙ্গ-দবোই থল্লম্মী, কিরম্মী।

অস্থুম অস্থুম চেল্লকপনা সেকমাই লমদম য়োরকপদা পাক্লবা তম্পাক উরে। অস্থুক পাকপা তম্পাক্কি পোকপদগী অমুক্কস্থ

উখিাদ্র— ফজবা মফমনি, য়েংবদা পুক্লীং হুই। পাক্লবা লম্পাক্তা ফৌনানা শংনা হৌরি ফজরবা চাঙরবা ভোরবা চেক নুংগী য়ুমস্থু উরে, মীশু য়াম্না তিনবা উরে।

মথং মথং লাকপনা কোইরেঙ্গৈ য়ৌরকপদা অমুক তম্পাক অচ পাক্‌খোকখ্রে। থাংমৈ ইরং লংনা থানবা জাগা উরে। মথং মথং চীংমৈরোং য়ৌরকপা মতমদা কলেজ, য়ুম পরেং, চুমলবা লম্বী মরক মরক্তা উ হৌবা – মরক্তা বীজুলিগী থাংমৈ পরেং লৈরম্বা—য়েংখিবদা মিংফম হোংবা য়াদে। বাজার অমুক য়ৌরকপদদি পুমডাও ডাওখ্রে। থাওমৈ অশাংবা অতেনবা মতুম তাবা অরংবা পূম্নমক্তা অহিং অচু অঙানব অয়ুক মুংখিলগুম তৌখ্রে। মী ময়াম অতুক য়াগদি পোকপদগী অমুক্তস্থু উদ্রি —সাহেবকী গাড়ী অচু তপ্প তপ্পা খোরে! ঙক লৈত্তনা য়েংনা য়েংনা মিংফম হোংবা য়াদনা লাকপনা লাঙলবা ঈশৈ মথল মথল শক্লবা মী য়াম্না তিনবা মফম অমা অনি উরে। মখোয় অচু সিনেমা হোলনি হায়। মুঙাইরবা কুম্মৈ তৌই হায়। করিনো খঙদে - হযেংদি য়েংলুগে থক্লি। সাহেবনা ৎবু হোটেলনি হায়বা মফম অমদা লৈহৌনবা থনম্লে। মতুগী পীক্লবা ক অমদা ইথস্তা মরৈপন অচুতং ইন্না লৈহৌরে।

হোটেল অচুস্থু অঙকপনি ঐরঙোন্দদি। মী য়াম্ন চংখোক চং-শিন তৌই—য়াম্না লাঙই—মফম মরাং খঙদে। খল্লম্মী হকচাংস্থু খর ফরে, হয়েংদি ঙক্লবা লমদম ইম্ফাল অসি কোয়চং চংতুনা ফজবা লমদম পূম্বাদ্রিয়েনুগে।

অহিং অচু চিক্লকৃলবদা পিক্লব কা অচুদা ইথস্তা মথল মথলগী রাখল মঙনা থল্লম্মী। থন্না থন্না তুমথখিরম্মী। মঙদা মুংশিখোই-রবী তমেংলোংনা ঐগী চকশমদা কোল্লম্মী। থিন্দনা তমেংলোং

মাঙখ্রে, ঙকশমদা কো'ল্লিবা খূৎ অনি অতুতা ভাইহৌরে—খূৎ অনি অমু চাওরবা মুরবা কিরবা শকফম ওইরক্রে অমম্বা অতদ। চাওরবা কিরবা মখূৎ অমুবা অতুনা ঐগী ঙকশম অতুদা খব খর পায়শিল্লকপা অতুনা খর ফুল্লক্লম্মী—লাওবা খো'ংপা নংহৌদে মিতগী পি তারম্মী অমুতং থাপ্লবা মাগুলো'দা 'লহৌবী তপো'কপী হৈমাদ্র উথি।

তম্বেংলোং

তা° ১৫–৮–৫৭ ইং।

---

# (৬) মকুৱাংমগী লৈশা অমা

ঐহাক্না ওইররোটদোবা অতুতবু আশা তৌরম্মী; থাজনিদাই মরম শুকলৈ লৈতবা অতুতবু থাজরম্মী; ৱাখলগী ৱাংমদা লৈবা অতুতবু থল্লম্মী। অওইবনি, আশাগী অরেপ্পা লৈবরা? নোংমা নত্রগম্মু নোংমদি শোয়দনা…… .. নত্রা? চাওরবা য়ুমজাও অতুদা ইপস্তুনি ফমতুনা লৈরিবা, চাওরবা হাঙলবা কাদো চৌকি টেবল লৈ—ৱারী শাক্কই, ৱা হংসুই খুমলক্তে—অতবু আশাদি তৌরি। মপান্দা করিগুম্বা য়েম্বীগী নাহে শৈহেক্তে'—খোন্নৌবী মহাক্কী শেংফাত্তবা খোজেল্লা, থল্লি—উচাললক্না— উরক্তে'—মো'শো'লক্লো ৱায় ৱায় শিংপা মুংশিংকী মখোলদো—থল্লি—থুনা মী উথিনি শল্লা খো'ঙথাঙবীগী আহেকঙাগী ফর ফর লাওবা খোঞ্জেল্লি। ইথস্থা ফুক হৌগৎতুনা—মপাল খোক্তুনা য়েংসুই—মহাক লাক্লবর? নিঙবা কায়তুনা হঞ্জিল্লকই— ইথস্থা ফমই,—অমুকম্মু লোংনা ংপই—।

ত্রা'ন জিষ্টর ভোল্যুম শাংদনা অমুক ঈশৈ তা'য়—"বিবিধ ভারতী—বিবিসি, পিকিং, হংকং, মস্কো ভোয়েস অব আমেরিকা অক্ক'বা থেংনরকবা ট্রেইন থাদ্রে অরিনা খবর, মেগাজিন, হায়না পাখ্রবা লাইব্রেরি অমুক পাট। মরক মরক্ত……মাহাক্কী শউম ফংবরা?

হায়নবা লৈ—বাঙ্গলা অহু তম্লবনি। অচৌবা সাহেব অমস্থু শিত্থনা লৈরম্মী হায়নৈ ঐনা হৌজিক ফমলিনা সোফা অসিমক্তা—' সুংথিলদা থোও লোল্লগা—লেল্লি ইথম্লতা। চৌরবা লায়াংদা চৌরা ইথম্লতা লেল্লি অহিং কয়া সুংথিল কয়া। অফিস ছুটি থোকপা হুমিত্রা অমুক চেম্লা শাংখ্রে সুংথিলদো, চেম্লা চৌকখ্রে নোংমাইজিং সুমিৎনা। অহুবু অংশা তৌরি—থল্লি—নীংলি।

অওইবনি,—আশা পূম্বা অরেম্বদি নত্তে। নোংমা খঃহৌদনা ঐনা অফিসতগী হল্লকপগা পোড হাংদোকলুবদা লৈরমৈ ঐগী চিক্রবা ক মত্থংদা মথম্লতা ফমহনা ঐগী চৌকিসিদ'। চা থকমিন্নখি ব্রারী কয়া শাখি থাজসিন্না—মহাক্না হায়খি "য়াম্না সুংশি"। চীংদৈরবাক্কী লৈশানি—শেংফাতুবা খোইরপ তৌনা মৈতেলোম্লি—মরক মরক্তা মখোয়গী মরোল—মহৌনা অমুক খংদ্রবা ঐনা খোয়থুম্লন তাবনি।

থাপ্নবা চীং তুরেল বাংমদনি মখোয়গী খুল অ-ক য়াম্না মমীং চৎপী শীংথানবদা ম্লাওবী অমা নত্তে—অহুবু অশেংবা লম্মোয় মরক্কদি অমনি—। থন্দবা ওমদে মহাকপূ—অহিংনা থেওলক্লগ থানা বাংলক্লগা মানা ঐগী আশানি, চৌক্লবা লমদম অসিদা।

ওসিম্ব মহাক লাকলে—উরমক্তদা লুপ্তাইবনা মথুমমরাং হৌই—ঐগী শাগংলম্বা আশা পূম্বা লোয়না হেক চমম্লখি! হাংগদবা রানা

হায়দা—হায়রোই বনা হায়, মথক মপা ওরখিবনা—মাগী অশাওবী —·—·—·করিগুম্বা কান্দা ইথস্তা নিঙম্মক্তে।

কমলা থর লৈরদ্বহ খোক্নুনা চামিন্নরে। য়ারী কন্না শারে। মপুং ফারবা হকচাং কায়াৎ মিহৌরোইদবগী মরম লৈতে। অহুবু ঐগী মুপাহু শদো খোংলে য়াবনা। মাগী মুংশিরবী মায়খোং য়েংবগী পেনবা নাইদে। করিগুম্বা কান্দা চিনবানগা চিনবানগা খেংনন', খোম্থোক্তনা মিৎচিগী য়ারী য়াতাই শীংখাবা ওইথোক্তে ঐগী মখোল খোক্নবা কলমসন। মহাক্কী হাঙলবা হকচাংদা থেংলুবদা—কয়োই-ছুনা—খোক্লকপা মহাক্কী মচিন্দগী "অলাই" হায়বা খোম্থোক অহু মুংশিরবা শুরনি। হায়ঙমদে রস থঙত্রবা চীনসিনা করম্বা শুরনো—নাকোংনা ভাবা মুংশিরবা শুর, খোয়থুম্নবা খোম্থোকময়ামগী লম্বো, অখোইবা শুর অমনি, অহেনবা খোম্থোক অমন হায়বসি মথৈদি হায়বা ঙমই—লুম্নবা চীনসিনা থারবা লৈয়েংসিনা থৎতুনা। মথং মথং হকচাং ময়োল অনিগী কাউঙমত্রবা থুংঙাইরবা য়ারী য়াতাই—তারমই মিং উইরুম শাংথ লেংথ, নাপচিক্লা লোন্না চীক্ল শারিবা য়ারাহু পাক লোইবা নত্তে, করিনো শীংখাবা ঙম্বা নত্তে মীওইবগী লৈয়েংনা—।

মক্কী ময়োল লোইশিন্দুনা—মিংশেল য়েংনা মশম মনা হাং-ভোক্লে—সোফাদ ফমলে—ওদলীনা পুরকপা চা কপ অমমম থকলে। চা থক্লা থক্লা ভমলম্মী মাগী য়ারী—মিরবা খেঙ্গেল্লনা ঐতবু ভাননবা —শেংক্তুবা লোন্দা ঐহনা খঙবা।

থুপ্পবা গন্নাই মরু য়াংমদনি মাখী মুম। চাওরবা খুন্দা চীংলৈ-বাকী মনিঙ তম্না চাওজরকপী মহাকনি। মখোক কারকপগী অহানবা খোংচৎত মাগী অপোকপী লৈখিদ্রে মতম অহু য়ারবম্ন অঙাং ওইরিবগী হরাওত্তয়াদ্বা, অথাকপা লৈতনা মুঙাইবা—হোরেল

হয়েং খন্দবা মতমনি, কনাগীস্ু দায়ী পুত্রিবা। ইপানে ইচেনে ইবুংনে—লৈরমই মতম খর মুংঙাইনা। লোক্তা কুমহুনা ঙা কায়, চীংদা কাহুনা উমংলক্তা চৎতুনা শীং চল্লি, পাম য়াল্লি, মৈ থায়; মংখোম্বা লোইরগা ফৌ থাই, নোংজু মুংশা খাক্তনা ইপা ইচে ইবুংগী তুংইন—লৌ পেংই! শাংকায়রবা ফৌনম্না চীংমায় থম্না নমজকপা, ফৌ মুম্নকপা সনা অহিংবা মচুনা চীংমায় থম্নকপা, পামগী মাইকৈ য়েংবা হরাও মিনোক্না খনজে। ফৌ তিন ৭০০। ৮০০ করিগুম্বা চহিদা লিশিং অমস্ু খোকই। মুঙাইনা লেপ্লে। ইচম চম্বী ওইজবনি কনাগীস্ু মুংশি মমি তাত্রি।

নোংমা পামদা উথি পাখঙ অমা। ব্রা লানস্ু কয়া ঙাংনখিদে। মশক্তা উবদা ঐগী থম্মোয় শুমহংখি। মহাক অহু অমুক উখিদ্রে। মহাক উমংদা লৈবশিংগী মরক্তা অমনি হায়নৈ—সিকায়গী ফিজেৎ শেৎলি, মখুত্ত নোংমৈ পায়। পামদা চাক চামিন্নখি, চীংগী লৈ অমা হেক্লগা ঐঙোন্দা পীরম্মী। মহুদগী উখিদ্রে।

নোংমা মুমিদাং থাসিগী অহিংদা খুনগী অব্রাং থংবা নাকল লাওলম্মী - তুম্মুবদগী মিকপ খোরকপদা মিকপ মীরাও তারম্মী—থাংতা হাইনবা খিন্নবগী মখোল, চোপ চোপ য়ানবগী খোঞ্জেল—অশোক অনাগী নাহে খোঞ্জেল তারম্মী! ইবুং অহু য়াম্না শাথিনা মবুক্তা তানা লেংবগী ঈ ব্রা ব্রা শিঙ্গুরহুনা পাখঙ কালদগী চেল্লকুনা হৌদোক্লরে—হায়রম্মী—ইপাগা ঐখোয় অহুমদা মুংশা খবেৎ খবেৎ হোম্না "চেনখ্রো হারাক্না লাকলে"—ঐখোয় অহুম অমম্বা অহিংদা উমংলোমদা পাখৎপগা লোয়ননা চেল্লম্মী। "ইবুং অহু — — —" হিক হিক কপলম্মী—। মথংদা অমুক শমথরকই— অমম্বা অহিংদা পংচেস্তা চেল্লগা নোং খর খর ঙাল্লকপদা মকু লাল্লে। অমুক চুম্না উমংদা লোৎলগা অহিংদা অমুক চেল্লকুনা থুংলুরে আজুরামদা। মকম

অহুদা মতম খর মীগী খুন্দ তাংহুনা মতম লেপ্লম্মী। তোল্ল-তার মীবু হেক হেক তুহংপীবা হৌনশা ওইরমাল্লে। মীগীদা শাইদাংহুনা খুলঙ চংতুনা চরা নামতা ফংনবা হোৎনবদা য়ারবা ঐখোয়নি। নোংমা উমংদা লৈবা নাগা লালহৌবা কাঙবুগী সিকায় খর খুল অংদা লাক্লম্মী। ঐবু মখোয়গী সেবা তৌনবা থবক নোম্লবা খুন্না থারম্মী। মখোয়না চানবা খোংবা, ঈশিং হোনবা মখোয়গী সেবা তৌবা অহুতা নত্তনা মখোয়না ঐবু পুবীরে শুক্লবা উমং মখোয়গী লোংফমদা। মহুদা মখোয় তরুক তরেং চঙহন। ঐগী টকায় খুমনবা পুম্বা মাঙহনবীরে। মতম খর উমংদা লৈরমলগা মখোয় চংখ্রে ঐবু হুংদাক্লমহুনা! অমুক খুংদা হল্লক্লে। লাইবক থীনদগী ঐহক নীরাল্লম্মী। অহুবু ঐনা হায়দোকপা ঙমলমদে, তাকপা ঙমলমদে মপা অহু তংশংনা কনানে?

থা খর লোংলাম্মু লোংপা য়াদবনা অঙাং উনরে, পোকলে মুপা অমা। মহু মখোয় তরেংকী মনুঙদা অমানবা অম ফাওবা য়াওদে। মতম অমদা পামদ উখিবা অমুক উখিদ্রবা-মমং ফাওবা খঙহৌদবা অহু মানবগুম তৌই।" মাগী য়াসি তাবদা ঐগী পুক্নীংদা তথক তথক মুডাইবগী মিহুল হুনবগুম তৌখ। মহাক্না হায়থরকই — "অংবু ঐনা হায়দোকপা ঙমদ্রে, ইকায়খিবনা মায় হায়গংপ ঙমদ্রে। মপা খঙদে ওক্তবীনি হায়রুনা খুল অহনা অমুকসু থীনা তৌরবরে। গীর্জা কাহনা লাই থৌরুম্বা ফাওবা য়াহন্দ্রে। চানবা নোম্বা ফাওবা য়াশিল্লকত্রে' ইকাইবনে, তৌকম খঙদবনে, চানিঙাই লৈতবনে — অমুক খুন অহুদা লৈবা ঙমসকত্রহনা অহল ওইরবা ইপাগা ইচেগা ঐখোয় অহুম অঙাং মচা অহগা অমুক চেল্লক্লে খুল অহু থাদোক্লুনা। লম্বীদা অঙাং অহুসু শিখ্রে—ইচা অহু লুংশিরবসু ঐগী ইকাইবগী

থুদম অমদি মাওখ্রে।" রা অসি তাবদা থম্মোইদা থুক লাওই, মুডাইতবা, কায়নবগী পিরাং মিত্তগী তাগদোগুম তোরম্মী।

মতম থরগী তুংদা নোংম ঐনা চান-থক্লবা থর লৈগে হায়না লাকপদা হেডকাটর অসিদা ঐনা উথি নহাকপু উবমক্তদা থনখি— মমাংবৈদা ঐগা পামদা চাক চামিন্নখিবা অহুনি। ঐগী মতম কুইনা লোত্তুনা লৈক্লরবা মুংশি ঈথক কারক্লে। য়ায়া মানা হোৎনহুনা ইকাই ইকি বাংমা লায়া— মীনা থীনা হায়নবা কিদনা ননাক্তা য়োরক্লে। নওনা মুংশিবী থনবদা মুডাইবনা লোইরে। ননাক্তা মতম পুম্বা লেওদনা লৈনিংগনি; অহুবু অহল ওইরবা ইপাবু হুন্দোকপা ঐগী পাঙ্গল ওইদ্রে। নহাক্লা ঐবু চানবীরোইদ্রনে?" অসি হায়হনা ঐবু চেক্লেৎ কোল্লহুনা চুপলম্মী।

মতম অহু থেঙলকলে মাগী ময়ুম তাম্না হনগদবনি। মচে অনম্বুং মপানা আদা কৈথেলদা ডাইহুনা লৈরি। মপান্দা থোকখ্রে, বিদায় লোহুনা চৎখ্রে। থোকখিবদা মপান্দ লৈরম্বা থরনা মুন্না মুন্না য়েংথি মাবু। থোইনা থৌশাদনা চংখ্রে—ঐহাক্তী ইপণ্ড পণ্ডশিনবা শুমহৎপগুম তোরমই। মুমিৎ অহুদগী মাবু অমুক উথিদ্রে। থা কয়া ডাইরে—থাই মকু লান্দুনা থিক্লরে—মকম কদায়দম্ব মাবু অমুক থেংনখিদ্রে।

তমেংলোং

তাং ১৫—১০—৬৭ ইং

# কাইনাদা রাস

মুমিৎ অহু বসন্তগী পুর্ণিমানি। ইবেতোম্বীগী মতম কুইনা নীংজরক্লবা আশানি কাইনদা জগোয় রাস কচ্চবা। বসন্তনি—বসন্ত রাসনি,—আবের খেল - কাইনগী মাগুব আবেরনা পুমডাং; অথাপ্পা চীংগোলদা ৈ নৌ পাম্বী, খৈবোং পাম্বী, লৈহাও, হৈরাং-গোয়গী কুঞ্জবন্দা জগোয় রাস—পূংগী তাম্বাদা খুৎথেক হাপ্পা লৈইনা শাবা—মমিত্তা শংশংনা উরি ইবেতোম্বী।

মমাঙ খ.গী মঙলান্দা লেঙলক্লম্বী শ্রীগোবিন্দ—সনা ফীগে খোল্লবা ধরা চূরা লৈতেংলবা খুত্তা বাসি পায়রবা। নোপুর ধ্বনি ঝন্ ঝন্, তা-রি, তপ্পা থাংবা খোঙথাং, মী উখি তাখিনি থম্না লোম্না চংপা, খোঙ ক্াপ লাওনা রাংনা কান্দুন খুনিঙ কাঙনা কাঙন চঙ-লকখি—ম'গী কাদা। সনাগী আসন্দা লেঙশিন্দুনা শ্রীগোবিন্দ--তাইবং শুঙ্কাংপা খুংখংন জগতপু শুঙ্কাংতুনা খোংলম্মী মুরুলী। বাসি খোঞ্জেল তাবদা থম্মোয় তথকলবী মহাক্কা মিৎ থম্না য়েংজখি—দর্শন তৌজখি, মী শুঙ্কাংপা মায়খোংদো।

মিরবা বাসিগী খোম্বাংনা হায়রকখি তপ্পা তপ্পা— “হে চান্ন-খোইরবী ? মতম কয়া ব্রাংলিবগে ? নহাক্কী শাথেক, নহাক্কী জগোয় নহাক্কী থম্মোয় নৌহনবী খোঞ্জেল তাখিদবা যুগ হেনখ্রে। কদোইে লাক্কদগে নহাকপু? থাপ্লবা কাইনগী চীংগোন্দা নহাকপু ভাই-রকপা— ভাইঙমদ্রে ঐহাক্কী —। য়েংউ! চোকথরবা খোঙসিনা চেন্ন-চেন্না লাকপদা, তিংখং তুম্বৌনা বিন্দুনা য়াংখায়রে ঐগী খোঙসে। সংসারদা চংখ্রগা ক্াওখ্রবরা ঐহাকপু, কাওখ্রবরা নহাক্কী ব্রাশক ?

য়েংউ চান্নবী। নহাকপু য়েংবদা মিংমৈ অসি পৈরবনি—নহাকপু থিরকপদা হুমাংনা চোংসবনি,—নহাকপু কৌজবদা খোঁনাওসি কংলবনি,—কদায় নহাক্তী নিঙায়দনা লৈথোক্লবরা ?"

বাসিগী খুংখংতা মরোল শুনা হায়রকপা—য়েংজক্লরে মথোঙ থম্বাল—হুমাং মবিক্কা চোংলবা উকুলনা খোঙলক খোঙশা 'তরম্বা', তিংখং তুম্বৌনা হঙ্গায়রবা খুয়া থম্বাল উরুবদা ৎম্মোয় শোক্কা ল্লাখ্রে। লৈজ্রবা অঙ্গৈংবা ঈশিংনা খুয়া থম্বাল শেংজরে। মুর্ক্কনা য়েংছুনা মরাল কোকপীয়ু হায়জবগী মতাগুম খুরু খুদক কুন্দুনা ফম্লগা, চোইজায়নবা শমলাংনা মায়থোং থম্বাল খুমচনা— মুঙাইবা, নিঙমদবনা থল্লবা মিংস্লাদগী তরং লাইজ শিন্ধনা হায়জখি—মহাক্কা মবুঙোগী মফমদা—

"চান্নখোইবা। নখুয়াতবু ঙাইজবনি"—

"মুংশিখোইরবী থোল্লগম্মু; মথংগী বসন্ত পুর্ণিমাদা নহাকপু ঙাইছুনা লৈরয়গে!"

•

ইবেতেম্বী মিকপ থোক্লম্মী। মতম অতুমক্তদা শ্রীগোবিন্দগী মঙ্গলার্তিগী শরিক থোঞ্জেম্না "গোং গোং" যৈরকপছু তারম্মী। অঙকপা মুংশিরবা মনম্মা মাগী ইমুংগী কা অতু থল্লম্বী হায়কম খঙদে করম্বা মনমনো— চন্দন চাইরবা যাত্তিপুস্প, থম্বাল, শংৈত্রে, ভথৈল্লে, চিগোংলৈ মনমলঙ্কা চাক্লবা ঘীগী বর্ত্তি, ধুপকী মনমগা লোয়নরবা মনমগুমই—মাগী কা অতু থল্লা নমলম্মী।

মথোক কারকলিবী চহী ১৭ তা মঙায়রিবী ইবেতোম্বী মশা অতু পুমগুম শুম্নাংখ্রে। মথোঙনা পুবা মাঘকৈদা চৎপা হৌরকলে। খোঙজিন নাতৈ কাঙসকপগা লোয়নননা মুংশিরবা মনম অতুম্মু মপাললোমদা থাপতোরকলি; নাকোংদা মিরবা নোপুরগী ঝন্

ঝন্ খোঙ্গেন তাবগুম তৌরি। খোঙ্গেন অহু অনুম খর খর খাপ-তোকখি। মুংশিরবা খোয়গুমলবা মনম তান্না তান্না—মির নোপুর খোঙ্গেলনা চিংহুনা, তুং ইন্দুনা, মফম মরাং খঙদনা মখোঙনা পুবা মাইকৈ তম্না চংলক্লে।

ঙল্লবা অয়ুক অহুদা চেন্না চেন্ন লাকপনা মথং মথং কোংবা ইরিনবুং লাল্লকুনা খোংগ্রাংবী সড়ক লমশাং চংলগা কৈরাও খন-রোক শনরোক শমহুনা ৱাইখৌ মপাল লাল্লগা পোইরোগী চাঙ কারকলে। অয়ুক অঙনবগী কাক্কী খোঙ্গেন, য়াকায়রবা মথল শুরবা উচেকশিংগী খোঙ্গেলনা থম্মোয় থক্কাংলম্মী। মতম অহুদা মখোয়গী বাবাগা খঙনবা মরূপ পোইরোগী চাওবা শনরোকলোমদা লাকপদা থেংনরুরে মাগী মরূপকী মচানুপীনা চেন্না চেন্না লাক্লম্বহু।

"ইবেম্মা! ইবেতোম্বী। ইবেতোম্বী নত্রা? কদায়দনো নহাকপু?

খোঙ্গেল অহু তাবদা নোপুর খোঙ্গেল লেপখ্রে, মুৎখ্রে মুংশি-রবা হৈনম লৈনম। মুমিৎনা তরং তরং খোরকপগী মঙালনা মশাদা য়ৈবদা তুম্মুবদগী মিকপ খোরকপদা চোকখরবা মঙ অমা মঙলম্বগী হুকচাং ইতেক তেকপগুম ইবেতোম্বী লৈমায়থক্তা ফমথরম্মী; মমিত্তা ঈরা চেল্লম্মী। ভাইহাক অম্মুম্না ফমলগা য়েংখোকখিবদা মপাগী মরূপ পোইরো চাওবা উরম্মী।

"মামা! ঐবু কদায় য়ৌরক্লবগে?

"ইবেম্মা! নহাক্না তৌরিবসিদি কয়িনো" হায়হুনা পোইরৌ চাওবাগা লোয়নননা ইম্ফাল মাইকৈ পাংলকলে।

অসোমদা য়ুমদা—"কদায়দা চৎখ্রে ইবেতোম্বী? কদোমদা চৎখ্রে—চেনখ্রুররা?--কনাদনো? কনাগা য়ুম্নৈ—কয়ম তৌই?

কোয়হং হংনরম্মী। থজরমই···থানাদা তাক্কদরা—মরূপ মপাং মাগা ফিরবশিংদা কোয়হং হংনরম্মী হায়ফেং থেঙলকলবা ফাওবদা মচাগী পাও মফম থঙত্রবদা মপা মমাগী থম্মোয় মুংওক মুঙ্জান- রম্মী। অসুম্মা ইরাং লাঙলিথৈ — তৌফম খঙনদনা লৈরিথৈ — মুমিৎ উথোং য়োরমদাইদা পোইরো চাওবনে ইংেতোম্বীনে থুংলরে। রারী পূম্বা শানরে। ইবেতোম্বী কপখোরকলে। কপ্পা কপ্পা—

"ইমা ঐহাক কাইনদা জগোয় রাস, বসন্ত রাস!"

"কায়নদা রাস — বসন্ত রাস" মসিনা লাইশোল ওইখ্রে ইবেতোম্বী। ময়াম্মা হায়নৈ ইবেতোম্বী মীরোল অমা তৌখ্রে। মরক মরক্তা শোঞ্জরকই মথন্তা "ইবুঙো— থিল্লরোই···য়োশিল্লকলে মতম"। অমত্তা পোকচবী মচা মুপী, মশক মতৌ রাত্তবী লাই- রিক লাইও হৈরবী মমা মপাগী আশা ওইরিবী ইবেতোম্বী—অওই- বমক মীরোল অমা তৌরবরা? মুংশা থীরবা মপা মমা মিপাইরে।

মাইবা মাইবী, ডাক্তর, সাইকিয়াত্রিষ্ট কয়া য়েংলে-- পাঙ্খি কয়া য়েংলে, মাইবী শেল কয়া হুন্রে—থয়োম লাকপা গ্রহপুজা কয়া তৌরে— য়েংলে অথাকপা লৈত্রে— অহুবু মাগী মশাদা খ্বাইগা ম্যায়দবা মওং অমত্তা লৈরমদে— কনানসু লাইওং হায়ব। ঙমদে— অনাবগী থূদম অমত্তা ফংদে। থবক থনা কায়দনা গুয়, লাইরিক লাইও পাই, হায় হায়গী অহু মঙায়। অহুবু মাগী তত্তবা লাইশোল, "কাইনদা রাস —বসন্ত রাস"।

মচাগী নীংবত্তা তৌহনগে খল্লবা মপা মমানা মরূপ মপাং জায়হুনা···লিংথংলে রাস —বসন্ত রাস। তথীনবা ওঝা ইবোপিশক ইশৈশকপী গোপীগী শকমদা অফাওবীশিং থৌরানী, গম্ভীনী, তাল্ল

মেম্বা নেকলে।—গুত্র শকুবা তোম্বী তমুবী মাধবী, বাসি খোংনবা তোম্বা—এসরাজ খোংনব জয় লোয়না গুরে—শ্রীজয়গী মচানা শ্রীকৃষ্ণ তোম্বগী মচানা শ্রীমতি রাধা—চামর হুম্বী চন্দ্রাবলী শাদী লোইনা পুন্নে·····ইবেতোম্বী নোকচরে; মমা মপা হরাওজরে।

ঙসি পুণিমাগী অয়ুক্তা হন্নাদা তোংহুনা খোঙশান্নে—কাইন তমনা—ম্নাইরিপোক ঙারিয়ানগী লম্বীদা। ইবেতোম্বীগী পুক্নীং তনৌ তনৌই—মমা মপাগী থম্মোয় তয়াং তশোয়রে। বসন্ত মতম ওইবনা লাম্মেনা চাকখ্রবা ঙারিয়ান চীং অনৌবা য়েন্নাংনা ইশং শংলে—য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈদা পুক্নীং হুনবা মশক ওইরে। বনগী উচেক কয়ানা, হারিগী নিং নিং খোঞ্জেলগা, রায় রায় হুম্বা মালঙ তাম্বাদা ইনিন নিনবা চীংগোন্দা বসন্তগী শকক্ম উৎলরে— থম্মোয় ঈথক ঈহুল কাহঁল্লে। থম্মোয়গী ইহুল অহু মঙফাওরে ইবেতোম্বীগী রাথলদা—চামবা উনজরগনি—যুগ অমগী কায়নবা লোইরগনি।

মথং মথং লাকপনা অংথা খোংনাংখোড য়োরে। পোইরো খোংলম তুংইম্না গাড়ী খৌজিনখিহুনা য়োরে মনিপুরগী অখোইবা লাইকম কাইন—শ্রী শ্রীমনিপুর গোবিন্দগী পোক্নক্ম—শ্রীশ্রীমনিপুর গোবিন্দনা লেঙদনা লৈরব মফম। মফম চানা হোরিবা হৈরাংগোয় হৈনৌ থৈবোং লৈহাওগী কুঞ্জবন অহুদা লৈরে— শ্রীশ্রীমনিপুর গোবিন্দ কাইনগী লাইশঙ—য়েংবদা পুক্নীং হুনবা মশকনি।

লাইকম অসিগী মনুংদা, লাইশঙ কুঞ্জবোনগী অন্নাংদা লৈরি—কাইনগী ইফুং কংবা নাইদ্রবা। মফম অহুদা ম্মাং অশোয় য়াদে, হায়নবা লৈ—হুখৌবালদগী হুপী অমা জগোয় য়েংবা লাকপদা মফম অহুদা অমাং অশোয় তৌরবদগী খুদক অহুমক্তা শিথি রাম্বহুনা।

কৎচরে অয়ুক অহুদা শ্রীগোবিন্দগী উৎসব লৈজবা চেঙ চাক খরনা। হৈ লৈ, চেঙ থোয়দীং তুলসী মনা মচু মঙাগী লৈ পরেং মানা পুজরকপা অহুনা লৈথোঞ্জরে— ইবেতোম্বী— মাগী থম্মোয় মথুম মরাং হৌরি……বাসিগী থোঞ্জেল নোপুরগী ঝন ঝন তাররবনে মহাকপু ?

রাস মণ্ডল শেমগে — । অহিংগী অহানবা পূংজা হৌরকপদা থাবল লক্তা মৈঙান থাম্বুনা কুঞ্জবনগী রাস মণ্ডলদা হৌরকলে জগোয় রাস—বসন্ত রাস। অভিসার লোইরকুনা মথং মথং চৎথরক্লনা হৌরে আবের খেল। আবেরগী ভাঙলবা মচুন রাসমণ্ডলগী লৈমায় ভাঙখ্রে ইবুঙোগী মায়থোং আবেরনা পূমভাং ভাঙবা— উহ্ররে ইবেতোম্বী— থম্মোয় তয়াং তয়াংলকলে। শ্রীমতিগী মান অভিমান লোইথিদ্রনা গোপীশিংগী ভজন হৌরকলে। কৎচরে জগোয়গী থৎথেক— মাগী লৈজবা হৈজবা থৃংথেক্লা ইবেতোম্বী। পুক্লী মকা লাম্না হরাওনা জগোয়গী শাথেক শুনা খুজেং লৈবী, ভঙ্গ পরে', খুরুম্না পরেং লোয়ননা ইবেতোম্বী খুরুমজথি ইবুঙো মাগী চরন্দা। ঈরা চেল্লবা মিৎসনান লৈমায়থক্তা য়েংহুনা— নিংজবা মাবু উবগুম, চান্নবা মাবু খেংনবগুম বাসিগী মির থোঞ্জেলনা "নাপচিক্লা হায়রকপা চান্নবী নহাক লাকলবরা" শোম্বাংননা তারবগুম থম্মোয় তুজুং মাজুংননা খুরুমজরে চরন্দা।

মতম অসিদা অঙকপগী মশক কংলবা হৈনম লৈনম - চাক্লবা ধূপ বত্তি লোয়ননা চন্দোন চাইরবা যাতিপুষ্প লৈহাও, থম্বাল, তখেলৈ, চিগোংলৈ, শংব্রে লৈনম্না হারবা হাঁয়কম খঙদনা থোয় শুম্নবা লৈনম্না রাসমণ্ডল অম্ব থল্লম্মী। ময়াম্না হংনৈ ঙক্লা "করিনো করিনো" —

মচিন্দগী খোকখিদ্রে ইবেতোম্বী ওঝানা তঞ্বীবা শ্লোক তপ্পা তপ্পা হায়দোরকই—

"আশাগী পংথৈ লৈত্রবা তাইবং অসিদা নংগী খুয়াখাদা য়োজবনা ঐগী অরোয়বা আশাগী পংথৈ ওইজগে—হে নাথ—থম্বায়গী মপু"

নোপুর খোঞ্জেল ঝন ঝন থল্লে রাসমণ্ডল – অথাপ্পদগী খোং লকপা মিরবা বাসিগী খোঞ্জেলনা মুংহিক্লনা থম্মোয় লাওলে অতা-বশিংগী। মথয়াত্তগী তারকপা ঈ মত্তুম্না রাসমণ্ডলগী ভাঙলবা আবের লক্কা তিনখ্রে। থওহৌদনা নোং মংদনা নোংথাং কুপথি – মুংশিং শিংখি মায়কৈ খোম্না—খ্বায়না য়েংনখি ওক্লা করিনো—উখি ;কাই-নগী মনিপুর গোবিন্দ লাইথোং হাংদোরকখি মথম্নতা— ইবেতোম্বী অমুক হৌগৎলকখিদ্রে। তামখ্রে নোপুর খোঞ্জেল ঝন ঝন—লেপখ্রে বাসিগী গুর—মমানা কপখি, ওখোংনা তেংথা নাওইনা "ওঃ ইচানা নিঙবা থুংলেদনা।" মতম অত্তুদা মঙ্গলাত্তিগী শরিক খিঙলকখি—গোং গোং"।

ইম্ফাল

তাং ৯—৫—৬৯ ইং

———

# অখুই লম্বী খেবু চীং

অওইবমক শোয়দনা লৈরমগত্রা—চীংথংখোম্বগী খোঙ্ লদো—মনিপুরগী অছৈবশিংন থানবা, পেনা চৈজিংবশিংনা শোয়বা, খোমজোং শৈহেক্কা হেক্লবা—ইতিহাসকী লামায়দা ময়েক লা-না লৈত্রবা ! লৈরমগত্রনে য়াংলবা চীংদোন অসিগী মথক্তা ?

সুমিদাংয়াইরমনি,-- নোং ভাত্নুনতা লৈরবা লাম্লাং চীংশাং ঙসিদি তক্ক তক্করে। লৈচিলতনা কুপত্নুনা লৈরম্বা অতিয়া অচু তশেং তশেংলে। লাম্লাং চীংশাংগী গদায় চীংয়াংদা লেপত্নুনা য়েংলম্মী তমেংলোংদা সুমিং তাবা। তমেংলোংদা সুমিং তাবা য়াম্না পুক্নীং হুবা দৃশ্য অমনি। রাজস্থানদা লৈবা মাউন্ট আবু চীংদোন্দা সন্‌সেট্ পোইন্ট চীংথাঙদা নোংম উথিবা সুমিং তাবগী দৃশ্য অত্নুনা তমেংলোংগীদগী করিমত্তা হেন্না পুক্নীং হুবা। ইম্ফালদা উবগুম্না তমেংলোংদদি তারমদাচ সুমিং অসি চীংয়া খেন্দোং লাংদে - মিংথক্লা লংদে। অঙাংবা সুমিংকী মকোয় অচু তশেং তশেং, তক্ক তক্ক উবা ফংই মিংশিনা। অঙাঙবা বোল অমগুম পাক্লবা জিরি তম্পাক্তা, অতিয়া সুন্দাইদা অস্নুম অস্নুম লুপথখি। মিকুপ খুদিংগী, মিনিট খুদিংগী থঙবা ওমই, উবা ফংই কয়া য়াম্না লুপথরকপগে। মথং মথং অপাকপা ঈশিংগী ইপাক্তা তংথায় লুপ্পা বোলগুম উরকই—মিনিট থরদংগী তুংদা সিনিয়র গার্ল কেড্ডেটকী মকোক্তা উপ্পা অঙাংবা বেরেট কুপ্পা উরকই— অস্নুম অস্নুম গুপথাবনা বোলগী মতোন থংবা শরুক্তমা উই লংনা ঙাওনা —। অত্নুদগী য়েংনা য়েংনা লুপথখি—নিংকী মিংয়েং কারন বাংম' লানথি—মরি নাইবা: ঙাঙ্‌না-নুনা লংলবা মঙালগী মপৈতনা নোংচুপ অতিয়াদা লৈহোই। মতম

থম্মদংগী তুংদা মতামগী অরংবনু মাঙখি ঙাঙ্‌্রানবা শরুক্তমা লৈহৌই মহুম্নু মথং মথং লূপখিহুনা অমম্বনা ফুপশিল্লকই। অম্মুম্না ঙাঙ্‌্রানবা নোংজাবানক্তা থজিক থজিক পীকশিনখিবা লূপথখিবা পুক্লৌং হুবা দৃশ্যসে হায়হুনা লোইবা নত্তে—উম্নগতা থঙগদবনি কৱ্রবদো।

হুম্মিদাংম্বাইরম ওইবগা—ফজবা দৃশ্য উবগা—লায়াংগী শংবানবী কীজোন শেংলবী মহৌশা—য়েংবগী পেনবা নাইদে। অম্মুম অম্মুম য়েংখিবদা কোম্মনা উবে মথা পাংবা অথাম্মদা লৈচিল নোংফ ই লিংখৎতুনা অহাংবা অতিয়াদা মম্মায় লোংথোক্তুনা লৈবা থাংলবা চীংদোল অমা—

"কম্মি চীংনো ফজৈদা—লফূথরোগুম তুম্মবা চীংদোন অসে"

"খেবু চীংনি"

"মানি খেবুচীং"। মমিংতা ভাবদা হৌখ্রবা ইতিহাসকী লামায় কয়া হাংদোক্লরে—নিংশিংবগী মিংকী মমাঙদা। হায়রৈ—তা খৌশাখি—চীং অসিগী চীংদোন্দা মুঙজাওথক্তা, যোইরাং অম্ম লানগায়বগী চেম্মকপা চীংথংখোম্মনা। কেন তমখি—অমুক মনিপুর হন্দোকপা ঙমখিদ্রা? অসিমসু হায়রৈ— খৌশা খোঙথাংদা পেংখি মুঙদো—ভাহৌই মাগী খোঙ্গুল। চীংশাংলাকপা কম্মানা শোম্মখি —ভাগ্যচন্দ্র লাইনি—লাইগী মচানি।

অওইবমক লৈরমখিগদ্রা?—শোম্মদনমক পেংখিবরনে মুঙদো লৈরমখিদ্রা খোঙ্গুলদো?

মথংগী মুমিত্তা, ইংশোক ১৯৬৬ কী নবেম্বর তাং ২৯ লৈবাক পোকপা অমুক পূং নিপাল ভাবদা হেভরাসেক লঞ্চ পুহুনা চংলম্মী খেবুচীংগী মাইকৈদা। লোম্মনরম্মী লম্বু কৈচন, শিংথুরৈ! হাওথাঙ

থাওপাক অমা পায়রম্মী কৈন্তন, শিঙ্গল বেরেল লেংখোং নারম্মী শিংথ্রৈ— লোগী চৈন্তনা ঐগী খুত্তা—থরুবা ঈশিং হগ্গা রাটর বোটল নাকন্দা য়াল্লম্মী কৈন্তন্‌গী।

মথা পাংনা চৎলিবা, তমেংলোং নুংবা লম্বী—চীংলম্বী থেল্লা খোয়না, য়েংবদা পুক্লোং হুই। মরক মরক্তা মুংশারক্তা, মরক মরক্কনা ভুবা মরক্তা— উরুমদা চৎলি। মথংগী কোনাদা থংনবা চীংগোল্দা করি লৈয়মগথা; পুক্লোংদা থুক থুক লাওই —খুৎলাই পায়রবা লালহোৎবা নাগা থেংনগত্রা— নত্রগা অত্তকপা উমংগী শাহিংচাবা থেংনগত্রা ? থল্লোই হায়বা য়াদে ; পুক্লোং নিংকোক নিংকোক অকিবা ফাওরম্মী থম্মোয়দা, অমুক্তসু ফজরবা প্রকৃতিগী শাথেক্তা পুক্লোংসু মুডাই। অহুম ওইনমক ফত্তবা মীগী থৌশিলদা— মরাল লৈত্রবা কয়াগী অরাবা ফত্তবা থোকই ; পাম্বৈ লৈত্রবা মকম অহুদা মহু থোকপা য়াই থন্দব ওমদে—পুক্লোং নিংকোক নিংকোকই করিগুম্বদা ; মরমদি—ফত্তবা কয়ানা আইনগী রাংমদা লৈবনা মিকুপ অমদা অরাবা ভাবা য়াবা মফমনি। অহোয়ননা মমল ভাওলব, হোয়শাংশিংপা থবকশিংপা, অচুম্বনা লান্‌গন্‌বা চৎনরিবা আইনগী মওংসিদদি অশোকপা, অশিবা, ফত্তবা থোক্লীবা অহুতনা অয়াম্বা মতমদা মরম্মায় তাঙ্গগল্লী। অসিগুম্বা ফিভমদা চৎনরিবা আইন ফাওবা নিংথিনা চৎত্রব লমদমসিদা অসিগুম্বা রাথল থল্লোইদবা কয়া য়াম্না লৈরম-গদগে ? অহুম ওইনমক মহৌশাগী ফজবা উবদা মুডাইবা, প্রকৃতিগী দৃশ্য উনিংবা য়েংনিংবা থওনিংবা ঈহুল অহুসু ময়াই কন্দবা নত্তে - মহুন চিংহুনা পুরি —অকি অথং লৈতনা।

অসুম অসুম লাকপনা পুং ২ রোম লম্বী চৎলবা তুংদা থুংলে খোংজ্রোন থুন্দা। থুন অসিদসু মৈতৈ নিংথৌ অমনা মতম থর

য়ুম শাগনা লৈরম্বা য়ুম্ফমনি হায়বা অমা লৈ— কয়ম্বা নিংথৌনো, কনানো থাঙ্গৈশেংবদি খঙবা ঙমদে। থুন্দা চঙুনা লফোয় থর চারে, অচম্বা চা থর থকলে। পূং ১০ মিঃ ৩০ তাবদা অমুক থোঙশান্দোরকলে অথূটগী লম্বীদা।

ফালং ৬ লোম চীংগী নাপোমদা লৈ-না লৈ-না কারিবা চীং লম্বীদা চংলবা তুংদা চীংয়াং অমা য়োরে। মহু লম্বীগী বোটল নেক্নি

মহুগী হায়থখিবা চীংগী নাপোমদা লৈরম্মী। লালহৌবা নাগাশিংগী ব্রিগেদ হেডক্বাটর ওই হায়নবা অগোবা কেম্প অমা। কেম্প অহু মুমিং নিনিগী মমাঙদা মৈ থাদোক্খ্রে। মহুদা লৈরম্বা লালহৌবা নাগা সিফাইশিং অহু চংখ্রে অতোপ্পা থুন অমদা।

মৈনা চাকখ্রবা থুগাইরমলবা কেম্প অহু হায়ফেং চাওই। ব্রাংতক তোবা চীংঙুম অমগী চীংয়াংদা লৈরম্বনি—নীংথনা শেমলবা বংকর-কয়া লৈরম্মী। মহু উরুবদা থাগত্তবা ঙমদে মখোয়গী ফজবা তৈয়ারী। চাওরাক্লা কেম্প অহু মী ২০০দগী ৩০০ ফাওবা লৈরম্বা য়াই। মুমিং নিনিতগী মমাঙদা পাও তাখি—তমেংলোং, নূংবা চংপ-শিংদগী—লম্লোন ইতিক চংচবা কাঙলুপ্তুগী—কেম্প অসিদা লৈব-শিংনা লৌরম্মী মখোয়না অপাম্বা পোং—হুংলম্মী চৎলিবা মফম মরম কয়া—লম্বীগী বোটল নেক্কা থংতুনা।

মিনিট তরামঙারোমগী তুংদা অমুক চংপা হোরকলে। পূং অহুমলোম চংলবা তুংদা য়োরক্লে খেবু চীংশা। লম্বীদা উনদে কনাম্বু পূং মঙারোমগী খোঙচত্তা অসিদা নায়তোম চংপা মী অমা অনি অহু নত্তনা নূংবা...মদগী লাকপা।

থাপ্না উবা খেবু চাংদোন—চাংখাউ য়োরকপদা উখিনরে—উমংগী উমং মোংশোংগী মোংশোং নত্তুনা— অকোয়বদা— মীংকী মাওদা নৈখিদরে—রাখলগী পাদম নত্তুনা। পামদা থবক শুরম্না অখুই খুপ্পা অমদা হংবদা—

"চাংদোন তম্না হেক্লা কাবদি মুক্কায়রক্লনি—লম্বী নৈতে—অখুই খুপোমদগী কাবদি থরদি শাকৈ।

"অখুই খুন তাম্না চংলবদি মুমিং তাবনা হানখ্রনি।" করম তৌবা তাগ—

মুমিং য়ংবা মতুং পং অমরোম তাবদগী হৌরে কাবা অঙম্বা মুঙ্গায়গী লম্বী অদোমদ— চাংলম্বীগী লমথায়দগী— জঙল ফাওনা লম্বী শেম শেমহুনা— উশা বাশা য়ান য়ানহুনা, নারক মোংশোং হাইদং হাইদংতুনা— খেবু চাংদোনলোমদা—পাদম লাক্লগা। মী চাক্লবা শাহিং চাবা জীবনা ওন্নবা কৈ শওমগী শান্নবুং ওইখ্রবা লমদমদো ওইরম্মী ফজ্জরবা শক্তি শঙাইগীম্মু শান্নফম। শুক্লবা উমংদা হাবীনা খোংলি "নিংনিং"— চাংগী খুম্মু লমখুম্মু খোংলি মখৌ পোওনা 'কূ কুক্ ক্রূ'— ঐ মঙায়রে মতানি—মরক মরক্তা উনারক্তা মোংশোংলক্তা উচেক মচা কয়ানা খোংলি মখৌ পোওনা। তাবদা উবদা পুক্লীং তুজুং হরাওই। নারক মোংশোং হাইদোকপগী "শেং শেং" লাওবদা - উশা বাশা য়ানবগী 'কক্ কক্' তাবদা কনাগুম্বা উচেকচাম্মু...মোংশোংলক্তগী "ফ্রং" পাইথোকখি। পুক্লীং তুজুং হরাওং কিনা কিনা—উ হৌত্রবদি—পাইখ্রিবা, চংখ্রিবা জিংহু—। থোংদোক্লা শোং পেক লাওবনা কিদবা, পুক্লীংদা থুক থুক লাওদবম্মু নত্তে।

তিংখং তুম্বৌ মরক্তা নায়ক লোংশোং লিংথুনা, উশা য়াশা কক্তুনা তপ্না তপ্না—লম্বী শেম্না শেম্না অরেপ্পা লৈতনা কারবা তুংদা তুঙ্গায় লোকচপ অমা য়োরে। য়ায়ত্থনা ভাইহাক পোথাগে থন্না উনা উবা থরনা কৈন্তুম্না শেম্বা ফিদাদা ফমথবদা ভায়রম্মী—মতম অত্থদা শাহিং ভাহিংগুম্বা কল্লবা মনম অমা লাকলম্মী ইনক নকপদগী। চিংনরক্লে পূক্লীংদা—লৈপ্নরে অতোপ্পা মায়গৈদা লম্বী শেমত্থনা চৎনরা হোৎ-নরসি। হেক হৌগৎলকপমক্তদা— গজ তরামুক্তং লাপ্প মফমদা "শ্রোৎ শ্রোৎ প্রেক প্রেক" লাওবা মখোল অমা তারম্মী—উনা মোংশোং লেঙবগী মতৌম্থু উথি - অয়াংবা উথক্তা উচেক অমস্থু লাক্লা লাক্লা খোংলম্মী ; পুক্লীংদা খায় খায় পাখৎলম্মী কোক্তী শম চপ চপ য়ুংলম্মী—ঐখোয় অহম্মক !

হৌগৎতুনা কৈন্তমনা উ-য়া ককপা হৌরম্মী – শাংখুটরনা সিংগল থেক্লেল মচাক হাল্লম্মী ! মতম অহমক্তদা অন্তকপা খোম্বাংগা লোক্সনা "হৌ" লাওনা গোংখ্রগা "শ্রোৎ শ্রোৎ, প্রেক প্রেক তুপ" লাওনা তাখিবা খোঙেল তারম্মী। কোকচাওবী খায় কায়— কোক্তী শম চপ চপ য়ুংই— ঐখোয় অহম্মক কোয়রে লৈনা য়েংনরম্মী। ঐখোয় অহম্মক ভাইহাক্তং তুমিন তুমিন্না লৈরবা তুংদা তপ্না তপ্না অমুক থর থর কাখৎপা হৌরে। গজ ২০ মুক কারক্লবা তুংদা লম্বীদা ঐ মতং মতং তাবা থেংনরম্মী— "খায় খায়" লাওরম্মী— থল্লম্মী কনি শানা করম্বা শা হাংখ্রবা।

চুঙ্গায়রক্তা চৎপগী –অমুকস্থু নাথৈ—অমুক কাখৎ, তপ্না তপ্না লম্বী থর কক মপা লাক্তুনা অমুক কাথৎলম্মী। থর কাখৎলক্লগা অকোকপ চীংদোং—মচা অমা থেংনরে। মত্থদা ভাইহাক পোথা-খিসি চঙশিনখিবদা উরে ঐ তৈরবা শজি মকোক, মক্তোং মখৈ

লোইদা শিংশিংনা চাথোকখ্রবা—শক শয়াংতো ওায়রবা মচেৎ মচেৎ ভারবা মশা অহু তায়রম্বা। নোংথক্তা পাইরি লাংজা অমা অনি—ঐথোয় লাকপত্নদা পাইথংখিমাগ্লে। ফমফম লৈত্রে, ফমসু ফমনিংত্রে, ফন য়ারবসু পোথানিংত্রে মফম অহুদা। তন্না অমুক কাবা হৌরে।

হন্দক্তি য়াংলক্লমাগ্লে—উ-রা নায়ক মোংশোং অহু লৈচিলনা চোংলি—নোং ভাবগুম্না ঈশিং মরিক মরিক তপ তপ তাই। হক-চাংসু অঈংব, ঈশিং ঈরিক্তা চোংলি—অহুবু চীং কারকপগী হুমাং শোবহুদি কোক্লমদে। নিংথমথা ওইবনা কাকৈদি কয়া থেংনদে।

অসুম্না, লেপ্পনা কারকপনা য়োরকলে অমুক মুংশা শাবা মফম—রাবদি লোইরে; মাওদা উরি ভমলবা চীং—থল্লম্মী কয়া য়াং-লিগবা চীংদোল য়োগদবা? নীংবা কায়হুন। তোকত্রা? লুমিং ভাবনা হানখ্রদরা চীংদোন য়োত্রিভৈ। অহুবু য়োনিংবগী লৌচীংনা চোকথরবা থোঙথাংবু অনৌবা আশাগা লোয়ননা চিংথংলি চীংদোন তম্না।

অসুম্না, অমুক্তা য়াগী য়াপললক্তা, অমুক্তা লৌগী লৌকোন লক্তা অমুক্তা উগী উরক্তা মোংশোংলক্তা লিং লিংতুনা কারক্লে। য়োথি-ত্রেদকো! ..অওম্বা মুঙ্গায় কাহুনা য়াপন লৌকোন অমা লাম্লবা তুংদা ঈথঙ থঙহোদনা য়োরে ফজরবা থেল অমা—নাকল্লা লৈথিত্রে অওম্বা চীংদোল। ...য়োরমাগ্লে— পনথংফম - থেবু চীংদোল—। মুংশাখয় শাং-না হোল্লোকলে, চোকথবা অন্নাবা কাওথরে।

কোয়না য়েংবদা উরে—মফম অহু ফজরবা কুঞ্জবন অমগুমই। য়াং চাওরবা পাক্লবা মুংপাক অহুমথক লৈ—মহুগী অকোয়বদা চাওর চাওরবা উ হৌরি। অশাংপা লৈনা য়োম্লবা নাগেশ্বর পাম্বী খুং-শেমগী মতৌগুমনা মওংদি মায়দনা কোয়না হোই—য়েংথিবদা পুক্লীং

হুয়। অঙীংবা মুংশিংনা য়ৈবদা হকচাং তেকখংলে—অশংবা অতিয়া থক্তা লংঙবা মুমিৎ উরে। খুদাংদা য়েংমুবদা উরে মুমিংয়ু'বা মত্তুং পুং মরিরোম তারম্নে - ঐখোয় য়ামত্রবদা পুং অহুমলোমগী চীংলম্বী কাররে।

খেবু চীংদোলগী ফজবা দৃশ্য চীপ্পা থাবনা, কলমনা ইবনা য়োবা ভমলোই— মিংনা উরগতা খঙগনি ফজবদো। হৌজিক মাঙদা উরে অচৌবা মতোন পাকপা মুং অমগী মনাক্তা শাংকায়-রবা সনারৈ পাম্বীগী লৈকোন মগা অম; লৈ—হৌরি ইকোয় কোয়না মকা ফম্রা ফজনা শাংলি। নাকল অমদা নিম মচুগী ফজরবা লৈনা ফুগায়না শাংলবা মীংনাইত্রবা চীংলৈ থরম্ন হৌরি। উরি উনাগী কুপ্পবনচু চীংদোল্দা লৈব, নৌহোনা পুক্রী শুম্মাংলি। উরি ৱারীগী কৈরাক অমা লৈবচুদা মুংদোমপোক্তু কাবা য়ায়।

ৱাংদবা অপাকপা মুংপাক অমদা ফমচুনা ঙরা পোথারচুনা হেভরসেক শাংলোকতুনা ঐখোয়গী হেভরসেক লক্ত মচু চারম্মী য়েন্নচুনা। মরাংবা চীংদোলথক্নী অতিয়াদা উরে উচেক লাংমৈদোং কয়ামুক্না কোয়পাই পাইরম্মা। মুংশিনা খোংলবা উচেক মগা থরগী খোম্লেলম্নু ত রম্মী তত্তনা শিংলিবা মুংশিংকী খোম্লেলগ ত্রিনা। থম্লম্মী—মখোয় অসি ওইরিত্রা তাম্না হায়বা উচেকতু— ঐম্নু থঙদে, কৈগুন শীংখুরৈম্নু থঙদে— করি করম ভৌরমগনি তাম্না হ য়বা উচেকতু। শোমদনা ওইরিত্রা মখোয়সি চাংথংখোম্বগী থুবাক্তগী চেঙ থুন্দুনা চাখিবা তম্নাদো ?

চাবা লোঃরবদা ঈশিং মগ অমমম থক্নগা কোয়চং চংতুনা য়েংবা হৌরক্লে শোয়দনা লৈবরা মুংথক্তী খোম্লরে ? মুংক্তাওদো

ঈরায় লায়না হেক থাবা ওয়দে — । কনাগুম্বসু মফম অসিদা য়ৌরমমাল্লে করিগুম্বা মতমদা। রাংলবা চাওরবা নুংহু কাননবা উরী রারীগী কৈরাক অমা লৈরমই, কনাগুম্বনা নুংগী মথোংদা লৈগু কংপা মালে নুংথোংদা অপংপা লৈ, মাপী কয়া লৈয়ম্বা থেংনরমই — কনাগুম্বগী মমিং মথং নুংদা হত্তুনা ইরম্বসু থেংনৈ। অহানবমক্তা নুংজাঁওবক্তা কাখংলে কৈরাক অহুগা।

মথক য়ৌরগা য়েংল্লুরে। অহানবদা নীংবা কায়বা মত্তনা করিসু থেংমদ্রে — লৈরমদ্রে থাঙ্গশেংবা তশেংবা খোঙ্গুল— অহবু অসুম য়েংলকপদা তা থৌশংবদা লেপ্পা ফীরেপকী মওংদা খোংথাক্ম মপানা অকুংপ, চাওনা কুংপা মকম, খুহুপ অমরোম শাংনা কুংথবা অনিথক লৈরম্মী মদু ওইরম্বা য়াই চীংথংখোম্বগী খোঙ্গুল। কনাগুম্বন ইমসু হোরম্বা মাল্লে কুংথবা অহুদা তাম্থি থরসু থেংনৈ। পুক্নীংদা খনমই — ওইরম্বা য়াই খোঙ্গুলশিংহু চীংথংখোম্বগী, মতম কুইনা নোং মুংশিং কয়া নংবনা, ঈশং কারবা থুগাইব পাকামী কয়ানসু মচেং মচেং ফক্তোক্কুনা। খোঙ্গুলগী মওং মাঙহনাখিবা। মাঙ তাকহনবা মতমগী তৌওম্বা ময়েক শেংনা উরে মিংসিনা। য়েংল্লুবদা থন্দবা ওয়দে— অম্বকী মতিক ওম্লবা মফম অসিদা মতম অহুগী লম্বীগী অবস্থাদা মৈতৈ নিংথৌ অহু কয়া থৌদাক্ফরম্বা — কয়া কল্লম্বা। ঐকশুননা শোল্লকই — মথোয় অহু কয়াদা কল্লমগবা। মথংদা থংনরিবা নুং অহু অমুক য়েংলম্মী রাং চাওদবা নুং অহুগী নাকল অমদা খুদম থর হত্তুনা য়েক্লম্মী। চাওরাক্লা মরকায় মাম্বা ডাইমটরদা ফুট ৩, ৩া০ ওইসদবা সার্কল (অকোয়বা) মম্বিথক য়েকই। ওইরোমদগী সার্কল অনিগী মরক্তা তোংজ্জে মচিন পানবা হিদাকংকু নত্রগা তির্থ যাত্রিকশিংনা পূনবা মচীন পানবা

খুঙাই ( খায়ী ) অমা য়েকই। মতুংগী থংনবা সার্কলদা খুৎপাইকম পানবা থাংশাং অমা য়েকই। অহুমশুবা সার্কল অহুদা ইঞ্চি ১০ সুক শাংবা খোঙুল ২ থক থাব্রাংনা য়েকই। অরোইবা সার্কল অতুদি করিস্থ য়েক্লে। ওই ইথং থংবা সার্কলদা নিনি পানবা থাক নত্রগা ইরোই মচি নামা মানবা অমথক য়েকই।

ঐহাক্না লম্বুশিং অদুদা হংবদা যুক্লীবশিং অহু মখোয় রোংমৈ কবুই নত্রগা কুকীগী খুদম অমত্তা নত্তে হায়রম্মী। মসিনা থলংলি — শায়দনমক ইতিহাসতা অশেবনা থাবা শৈথারোলদা হাংওরিবা চীংথংখোম্বগী য়ারীদু অচুম্বরা ? অওইবমক মৈভৈশিংনা শাম্নরিবা খেবুগী খোঙুল হায়বদো য়েক্লীবা খোংগুল অনিহুরা ?

অস্নুগ্না পুং অমরোম খেবু চীংদালদা লৈরম্মী। অকোয়বগী ফজবা দৃশ্য য়েংলম্মী। য়েংখোকখিবদা খেবুগী চীংথাংদা লৈচিল পাইবা টিরম্মী। তাল্লক অদুদা সীংথুরৈনা উচেক লাংমৈ অমা কাপ্নবা হোংনরম্মী অদুবু কাবদি ওমলমদে।

তৌম্ভিক পুং ৫ তাশ্ত্রে। অমুক কুমথবা হৌরকলে। হন্মকসু লম্বী শেমডুনা চৎপা হৌরকলে। থর থুনা য়োনিংহুনা — হন্নক্তি মুঙ্গাইংক্তা ঙেহ্না ওক্ক নাকলদা লম্বী হাইদোক্লুবা কুমথরম্মি। থর কুমথরকপদা লী পাম্বীরক্তা শমলকলম্মী। ফজনা পাল্লবা হৈরি চরোং থর কৈশুন লম্বু-না হেকলম্মী। সীংথুরৈনা খেবুগী সোভেনির লী লীশাং অমা য়াল্লগা চিংহুনা পুরকলম্মী। লম্বী হাইদোক হাইদোক্লুনা কুমথরকপদা অমুক অনিরকসু তুরম্মী খোং খুৎ থর হুবাৎলম্মী — ফুরিৎ খোংগ্রাওসু থর শেগায়দবা নত্তে।

মুম্নিৎ তাশ্ত্রবদি মম্বনা চৎকম থঙ্লোই থর থম্না খুৎলৈ থুনা কুমথরকপদা ঈশিং চেক্রবা লোক অমা থেংনরে। হৌজিক লোকী মতুং ইম্না কুমথবা হৌরকলে- মুম্নিৎ তাশিল্লকলে। মমশিল্লকলবদা

লোক্তী — মতুং ইন্না কুম্বা নত্তনা উপাই লৈরমদে কিদবস্থু ওমদে, পাখংতবস্থু য়াওরে। শোং পেক লাওবদা খায় খায় লাওই। অম্নুম্না কুমলকপনা পূং ঃ রোম হোৎথ্রে — খঙ্ হৌদনা শ্রোং শ্রোং লাওবা হৌ-রবা মখোল - অমা তাখি - অমম্বদা মিং শংদোক্লুনা য়েংলম্মী - উরক্তা হাইভিল্লকপা থাবলগী পীক্লবা মঙালদা উখি চাওরবা লিল অমা থুনা ভু ভ চেন্থখিবা। লিল অহু চেনখ্রে — ঐ'খা'মগা অমুক থেংনররোইদ্রা? অহুবু অতংপা লৈতনা কুমলকই — অমম্বদা লম্বী মা মাহুনা। খোঙ্ শিংনা শিংনা। পূংথায় মুক চংলকলে চিংন-চিংননা নাশোন পীক্ল', খজিক্তং লাঙ্বদা লল্লাই লেত্তোন শম চপ চপ য়ুংনা। ঈখঙ্ খঙ্হৌদনা নোংবৈ কাপ্পগী মখোল অমা অনি তারকলে। রাইফল কাপ্পগী মখোলনি। অকিবা চিংনবা অথুকপনা খম্মোই খন— নাশোন পীক্লা কুমথরম্মী খরদং কু থরকপকা অহাঙ্বা থাংপোক মচা অমা অকংবা লোক অংগী মনাক্তা লৈরম্ব থেংনকুরে। মীদি লৈরমদে — অহুবু হৌভিক্তা মী লৈরম্বা মওং মাল্লি — ঈস্নু মরি মরি তারি। ঐখোয় পূম্বা ভাইহাক্তং শ্বর পীক্লা —, করি অমুক থোকলকপগে য়েংন হায়নবা লৈতনা তুমিন তুমিন লৈরম্মী। মিনিট মঙা তরা অম্নুম্না লাঙ্ ক্লনা লৈরবা তুংদা চত্তবা মাদবনিনা অকি অখং নমহন্তুনা অমুক কুমথবা হৌরকলে। মিনিট খর চংলবা তুংদা চীং াঙগী লম্বী অমা থেংনরে। লম্বীহু কদোমদা, কদাইদা চংপনো অহানবদদি অমম্বহুদা খঙবা ওমলমদে। ভাইহাক্তং লেপ্তুনা য়েংলবা তুংদা খঙ্লে মহু তমেংলোং কাংচুপ লম্বীনি। মায়াং তাম্না অমম্বদা হল্লকলে — পূং ৯॥ দা অমুক ঐগী মাজলাদা চঙ্লে —। ফমুং থক্তা লোংনা হিপ্পা অমুক নীংশিংলম্মী — খেবু চীংদোলগী দৃশ্য।

# “ইম্ফাল তমেংলোং লম্বীদা”

ঙুরিং অছু ঙমিদাংল্লাইরবনি, ইংলোক ১৯৬৬ কী জুন থাগী নোং হাংত্রবা মতমনি। চংকদবনি নোংজুবা অসিদা। জিপ তত্তনা তারবা ইম্ফাল তমেংলোং লম্বী অসিদনি। মতমদি হৌখি-দোরে পাঙুংগী কীরোয় ইম্ফালদা - । ড্রাইভর তোমচৌবু ইম্ফালদা গাড়ী শেম্বা চংখিবদগী হল্লাক্কু,— করম্ব' চংকনি —ইথক্তবু নংত্তে অতোং নমিত্তা, সরিত্তা সুচেত্তাবু য়াওবি — মহোয় অমোনা করি শীনবিরিববো !

মেমবে ইবুঙোনে ইবেয়াইমবে ইম্ফালদা করিবু অহুনা লৈরমগদবা ! অমাংদা এস, ডি, ও, সাহেবকী মেম সাহেবা ওইদুনা লৈখোকপসে চুনত্রে। মহাক্কা মেমনা চিঠি ইরকই— করম্না মরেবা শীল্লিববো ? ইথক্তা লৈ, মী চাকত্রে; নোংতানবগা চানবা ঙুরিং তাবগা চানবা, অতৈ থবক লৈত্তে। ঙুরিং থরতগী লাকপনি, লোয়নাই চানিতাই করিবু পুরকে। করবা লোয়াগী সিট থর লোয়নি ঙুংথিন্দা, ঙুংলাংদনা মতোয় তামোগা পুকস শামবা নত্তনা করিবু তৌনিতাই লৈত্তে ! করিত্তবা কান্দা ইথক্তা চিকত্রে, চাওরবা বাকলা অহুদা।

মথোয় অতোং অহম অহুদি কোয়চেন চেম্বুবা শাইৱ হাটইহাক্কা পোথাবে; মথোয়গীদি ঙুইবমকনি. লাওবগী লোইবা নাইদে।

লমথঙলবা তমেংগী লম্বীদো। "করিগুম্বা চীংগী চীংমায় কিম্বমচুনা তমেংগী খোংচু থিংখ্রবদি মনুংদা লৈরিবদো — ইঃ পল্লিংদে।" খুন্নাকপনা হায় — মহাৰাজা লাকপতা মচুতা পুচা তৌরগা লেন য়াম্না কংখি"। মখোয়না খোল্লি তমেং অচুম্বা লৈরপীগী মম। হায়নবা লৈ করিগুম্বা লেকপী অতৌবা থেংনরবদি মনুংদা, মী অচু মপান খোরকপা ওমদে। অনুম্না হায়নৈ মথাংদৈদা লৈশা অমগা পাথক অমগা তমেং মনুংদা লেকপী অতৌবা থেনখি, লৈশানা হায়ব তাদনা পাখং অচুনা লেকপী অতৌবচু হাংনবা হোংনখি, খঙদৌদনা চীংগী চীংমায় অমা কিম্বমচুনা পাখং অচুগী খোককম লম্বী থিংখি — য়াম্না য়াম্না লৈশা অচুদি মপান খোরকখি। অচুবু পাখং অতুদি অতুম মপান খেরকখিবে — মনুংদা অতুম শিখ্রে। লাইবক ফবনা মুদিং অচুদি লেকপী অতৌবা অচুদি থেংনরক্লে। মহৌশাগী ওক্রা ফজব য়েংপে হায়রবদি খবোন তমেং, মনুংদ ফুজ মরক্তা বা বা চেন্নবা তুরেল খোইদোম্না পুক্রীং হব য়েংবা য়াবা মতিক চ বা অমনি।

খাবোন তমেং থেংনুমগা হন্নকপা মচুং মুমিং খরগী তুংদা য়াওশং ওইরক্লে। মতাংশিংনা য়াওশং শারো শারো তম্বখি— য়াওশং মচা অমা শায়েউরি নমথিবিনা পুন্দুনা। লাইদা হৈ-দৈ কংদে। নবিতা সবিতা খোক্কুনা লপোয় শারক্লে লৈবাক কুইম ওইখ্রে। পুংলোনগা চানা শাবা মবিতাগী লপোয়, অনিংবতা মনিং তৌমা শাবঃ সবিতাগী লপোয় অতৈদি খঙলো মপা মমা ওইবা

ঐখোইদদি শংগ্নুংদা হু'ভাইতৈজে। হাওশ' মৈ থারে থাবল চোংলে লম্পাক্তা।

অশুম্না লেম্লে থা থর। মরক্তা য়েন্নুই তমেংলোং খুল্লাও। খুল'কপা মাকুইনাং লোইনন' থ'য়নবী গেং লো দিপাব্রাম চংকখদা লৈবক্ত য়েংলুই। খরবা উপাক্পী থে'ঙ মমা'ঙৈদা লান্দারকপা থিংকম মনাক্তা, লৈবা লাই থুরুমফম অনৌবা চঙিগী খোদোক চাংয়েংকম পুম্বা য়েংবদা পুক্লিং হুই—খোইদোক্পা মৈতৈনা খুন্দাহুনা লৈরমই হায়বা মৈতৈ য়ুক্কমনি হায়না খঙনবা মকম থরম্ম উরকই। খন্দবা ঙমদে ঐখোয়গী ইপা ইপুনা করম্ম মকমসিদা খুন্দারম্বা। ওইরম্বা য়াই অর লাক্লেম্নবদ থেহুনা লৈরম্বা নত্রগা মৈতৈ নিংথৌ শিনা মখোয়গী খোদা পীহুনা বনম্ব মৈতৈ অঙম্বনা লৈরম্বা মকম।

তমেংলোংগী কমলা পাম্বা কমলানা পুক চোন অঙাং পুম্বা কমলা চামন্দুনা কমলানা পল্লে, কমল' মক্ত ভায়রে। তমেংলোংগী কৈথেল শিাক কৈথেল। এঙ্গাং মন'ম শং য়াম্না থারে মথাদা শিকি থিক্তা থারে মথাদ' শিাক। শিত্রগ মমুমদা পুথিব', পুং অমগী কৈথেল- অমুক্তা ভাইগাক কারগা খাঙ্গী মাঙবা কৈথেল, পোৎচৈ চান থক্লবা লৈ ত্রগ অমুক ফ'ত্রব কৈথেল ঐখোয়দদি মক ওইবা থবক্পী কৈথেল কাংৌবনা ঙম্না তৌহুনা। য়াহৌ থেংলবদি তোকচারে মু'মংতুমা।

যৌশিল্লক্লে পাবুংগী ফিরোর মহোর তামোনে ঐনে পুস্ত্রবদি থবক মপুং কানা হোৎনরমগনি থন্নে। ইচেমাস লৈহৌই অহুবু মথক্তনা করম তৌরমগবা? ইবুং ইপরা লৈতবা ঐখে'য়সে

অমেংশোংদগী তুইপন্নাং মাইল ১৫ লোয়নদনি অহুবু নবীদ নহুবী মণিক কম্বে থুবকপা নোং চাং ভাঙবা মতমদা পুংদা মাইল ৫ দগী হেন্না চপ্পা ডমরে ফিল গাড়ীনা। নোং ভাঙবদি অরি অমূক হাবরকনি। অমেংশোংগী নোংদ ভায়বা মমিং চৎলিবদি চেরাপুঞ্জীগী হেক মথংদা অমেংশোং নোং য়ান্না ভাবগা পৃথিবী কাওরিবনি। খোঙলানবকপা চৌরকপদগী মিনিট ১৫ লোয়নগী মতুংদ ক্লোকেট বোলমূক চাওরবা নোংগী মতুম মতুম হৈববা ফোরক্লে ভারপোলিন্না কারক মুপলবা গাড়ীগী যুমতী মহুংদা, মসাতা নোংগী মতুম মতুম লিংখাবকপা হৌরক্লে। ওন্না চৌংগী চৌংলবী ঊশিংনা চাকা থুম্নিং থুমাং তোঙরে। গাড়ীহুংদা দৈপা পুম্না পুমচোং চোংলহুনা লৈরা দিরা ফুমিন ফুমিন কায়রগী। নোংনা ফুদিংফুবা চোংলবা বোবী ফেরাতদি মখোল হৌনা খোংবদি ওববা — মাগী মাগী ভাঙাদা মথমাও কানা "কে ফ্রেক কে" খোংহুনা থাঙলে। ভেয়াগী বোনা পুমচোং, কীরোম কনা য়ান্না চোংলে, গাড়ীবকতা চেহবা হৌরে ঊশিংগী ঊনা।

ফুমিদাংগী পুং মাপল ভাবদা উচিন মাচিন্না য়োংলে ফুইপন্নাং থুন্নাকপগীদা, ঘজোম য়াওদবা চা থন্না থকলে — অচাংশিং বিস্কুট থন্না পিজরে। থুন্নাকপনা অহিং লেংলে লেকদ্রো হাবরবী অহুবু ইম্ফাল য়োমিংবগী ফুমিদাং অচ্চ কাওবা লেপলিংথিরে। নোং থন্ন পাথরকপদা অমুক হৌরে গাড়ীহু খোবা। চৎলা ২ ঔইহাক দৈরপা নোং লেপত্রে অভিয়া লেংলে থাজ ভয়ং ভরাং খোরক্লে. হন্নি য়ানিঙাই দৈরো থরকগী কীরোমদ থরমদৈ কংলে।

পুংথায়মুক্তা মঙাইরি তুইপয়াংদগী অমুক লাকপদু লেপ্পা ঙমজ্রবা পল্লেপকম খঙজ্রবা চৌংনৈবাক্কী ঈশিং মুংশিংনি। ঙম্মবা পীক্লবা তমথিরবা লম্বীনি অথেংবা অ'হুং অচুদা পোখাদনা থোগৎ-লকলি। অঙম্বা কারকলি — লমলাবা তম্না। খঙহৌদনা অইংবা মুংশিং শিংলক্লে, মখাক মরাওয়াওনা নৈচিন্না অতিন্না শীনখ্রে অমমা মপং ওইখ্রে অমুক হৈথরক্লে নোংগী মতুম মতুম। মপোৎ লুমলবা অমনবা গাড়ীদু 'ভেং ভোং' ঙংদুনা তপ্প। তপ্পা কারকপনা লমলাবা য়ৌরে। অমুক থোথরক্লে মাইল নিফুনিপাল তম্না অথাপ্পবা তুমক উরিবা। মীচিক মীরাওখোন তাজ্রবা চীংলম্বী নোংলিক্কা নৈবাক্কা য়ৈমা থে ক্লেসগা খঙ্বা চাংলম্বী কাবদা স্পেসিয়েল গীয়ারদা ঙংলিব গাড়ীগী থোক্লেলগ. লোয়ননা হুং হুং ঙংলিবা মুংশিংকী খোক্লেলনা অহিং থেংথরকপগী লোথরবা হকচাং অদু চোংলব গাড়াদুংদা উইথংলম্মী। উচিন নাচিন্না মাইল নিফু নিপাল হেক লাম্থোকপা মতমদা শ্রোং শ্রোং প্রেক প্রেক গদং গদং লাওবা থোক্লেলনা ঐথোয় পুম্বা চপথান্না মিকপ খংথোক থোকহল্লম্মী। য়েংথিবদা তুং:লামদা চীং ফলা য়াম্না কিম্বখ্রে লাইবক ফবনা গাড়ীদ লাম্থোংহোরে।

অরেপ্পা নৈতনা নোংতারি মুংশিং শিংলিচীংমু কিম্বরি। নোংয়ায় য়ৌরকপদা থুংলে ভাইমেদা। তাইমে লাকপগী ( এস. ডি সি, পী ) কাটরদা ঙাইহাক পোথারে। ইম্ফাল য়ৌনা চৎনিংবনা লাহুং অচুক থেংল কাওবদা অমুক পোথানিংখ্রে। অমুক থৌরসি হায়না ঐনা তকপা মতমদা গাড়ি অদু অমুক হৌরে থৌবা —

# ইম্ফাল হয়েংলোং লমীদা

ঐখোয়গী ওঙ্গবা চৎথিবা কাওবু ঐখক্তি লেংনহৌজক মখোয় তাঝোগা খেংনরক্লুনা লাকপদা ঐখোয়গা খেংনরে। কম্রিদ অমুক হায়: খোংলকপদো হংখিদা—মহোই তাঝোনা হায় "ঐখোয়বু ওকপা লাকপা থুঙ্গাকপনা হায়: চৎথিবা নখোয়বু (চুপ্কা লাওনা অর্থাৎ লোথা অমগা) খেংনরে, থুগদগী লাকহৌদে তাবদা কোঁকোংঙৌ কাহুনা চৌং কিন্থবদা নমথ্রবোই নিংহুনা অমুক হায়া থিরলিয়া থমুরে—চৌংন চৌংননা থুস্তবি য়োরগা থিরম্ব থিসি হাম্বনা থুঙ্গাকপদা হায়বদগী হল্লকলিবসিনি। হৌজিক মুংশা মপী হোংলোকলো অর্থাৎ অনিম্ব থুঙ্গাকপগীদা লৈ:চারে তাবদা থম্ব চপিং তারে। মুংদাংগী পুং ১০ তারবদা চানব থুঙ্গাকপগীদা থুংলে। তোংলবা কিয়োম্বু হোংদোক্তুনা থুঙ্গাকপীন: পীবা কীয়োল থব থাহুনা উপাক থক অহিংবু লেপ্লে।

অমুক অঙনবগা খোংজাই মচাশিং চাননবা চাদরা থুঙ্গাকপীনা খোংবা চাকু থিদোয়কপদা [অর্থাৎ অহমবু চঙখিহুনা য়াওজরে চাব। চিন য়া শেংলগা চাগদবা থয়া চায়গা অমুক চৎপা হৌরক্লে লেগুপ্লিপ লাম্বোক্তুনা সখিত, নখিতা স্নচেতা পোবদা য়াবয়ারে। পোগে য়ায়মদে, মখোংনা চৎকে হায়না নিঙাই তৌরম্মী। হাজির অমমম তুপলহুনা মখোয় অহুম নোংলক অহুদা ঔশিং থুদেং য়োয়বা লম্বীহুদা চোপ চোপ চৎলম্মী। উচিন না চয়া হুমিং মুংবা মতুং পুং ১ তাবদা য়াইচোং য়ৌরে। য়াইচোং দাগবজলাকা সি আর পী কেপ্তেন বর্মা খেংনহুনা মহাকা চাক চামিয়রে। লাইবক

কাকচা চিংতাবা অমবতী কিলা পাড়ী অনা: কনহুনা মহুনা তোংহুনা ইম্ফাল মাইকৈ শাংলক্লে ।

মসি অসনকপদা লাড়ী কেম: তৌরকুনা শেরা শেরা লাকপনা কাংলোকপী রোৎবে পুং ৪ তাবদা । ইম্ফাল অনম থম নাপকপনা থোংজাওরে । অহুম মাইল ২ থোংগ চংলকপদ শাড়ৌবী তাকা অকুক পোথাইহুনা অমুক শেংগা তাৎপা হুমিং তাপবদাই ওট-শিক্লকপনা কাওবা শেংবা লোইরবদা ঐথোয় চসিন্ন ইম্ফাল মৌর-রোইরা থবাই থাৎলে— পুং ৮ তা চংবা ইম্ফাল অবেংলোং লম্বী চসিগা শামা হুমিং ওনি তরে চংলক্লিবা হৌজিকসু মৌজি । মতাপা থওরবী মতাংশিং অহুদি করিত পৌশাদে সরিতা পুক অকুপ কোমলেং শেংবুবা পোরোক থক্তা চৈশে শক্না শক্না লৈবা অগোর শাদোরক্লে ।

“ থর তিতি নংবু, থর পুনা চংদুনে ।
রামরিনি নংবু, থর পুনা চংদুনে
থর তিতি —

সরিতাগী মতো উবদা ঐথোয় পুন্না লোকলম্বী পাড়ী শেংবম্ন লেপ্পী চাইহাকৌদমক থরা অনা কাওরম্বী । উচিব লাচিন্না শেংবা লোইরহুনা হুমিং তাবা মতমদা ইম্ফাল মৌরকথি ।

সেপেম্বর ১৯৬৯



# ঐহাক লেপনমক মাইথিরে।

মতম অহ আরগা মৈতৈগা লান্থিনবা মতমনি। শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ম'ঙ্গিং সিংহ লাম্না মায় থীরদুনা থোংজোম থমগা মরাং নৈবাক্তা চেনখ্রে। মনিপুর আংবাগী থুত্তা তারে। অহৈ মৈদিঙ্ পামহৈবনা মখোয়গী মায়থীব' পীখিবা—লাকচখিবা অহুমদমক মৈতৈগী মথক্তা অরান: অমুকং লমন থুমগে হোৎনরকপদু ইম্ফাল্ত মহৈ য়াংলে। মখোয়গী নিংথৌ আনন্দপুরা অমদি আগী মচানুপা বোদোপায়াম, মৈদিঙ- চৌংথংথোকপগী তুংদা মৈতৈ নিংথৌ- মচাশিংগী নিংজেল মায়দগা, মমুংদা অমগা অমগা থংনবা অহুমগী থুদোংচাবা লৌদুনা 'মৈতৈ নৈবাক চাইথাইরে'।

ইম্ফাল্ত মখোয়না থুন্থম চরব শুকডম ওমজবা, লাকচবা য়াজবা মৈতৈ হায়বা জাৎ অসে— মালেমগী লৈমায়দগী পুংমুৎ মুৎহনজে থমকলে। করি অমুক হায়গনি— মপা মমা হাংখ্রবা 'অচাং মচা কয়া কয়াবু য়ুমুংদা হোইজিন্দুনা থমলগা থোক মনীং মথাং লোনশিনগা মে'রোক মৈ থাদুনা চাংলি। মমাগী অথাদগী মচাবু মুন্নগা অতিয়াদা লংখংলগা তাবকপদা তাগী মতোন্দ লেংদুনা হংলি। মীথ পোল্লু য়াদবা মীথোং হান্নু য়াদবা মৈতৈ মুপা মুপী মরিল লৈবা কয়া লাম্না শিখি। শিহোদবা কগানা মমদবা নম[illegible]না কারগা মথুবাক মরায়দা য়াইমীনা লেংদুনা আতা কোন্নুং তায়া চিংদগা পুখি হায়বৈ লানকা ওইনা। মতম অসিদি মৈথবাকী ইতিহাসতা কাওরিবা চহি তরেৎ থুম্ভাকপা হায়বনু।

অদা লাম্মী খুৎপু খুৎপু চত্তুনা অউবা মৈতৈ মচাবু ওৎনৈবা মতমনি। মৈতৈ কয়ানা উমুং য়াম্নুং চৈংমুং মাম্নুংদা লোৎত্তুনা লৈনবা মতম্দি অদাবগী ঙমখৈ লৈতনা। করি অমুক হায়রগনি —অদা লাম্মীনা তাখিনি উখিনি কিবনা মথাদা কোল্লিবা কল্লিবা অতাংবী মচিন যেনবঃ মতম্নি। করিগুম্বা মতমদা অকপ্পা মচা কাওবা হন্দোক্লক্লগা উমুং য়াম্নুংদা লোৎনরম্মী। অদাম খোয়াং-বনা য়ারবা মৈতৈ কয়ানা উমুং য়াম্নুংদা কংবা পান হা টৈবোং কাংব্রো নাপ-শিংবী চাহুনা হিংনববতা হোৎনবা তাংকমনি। মরৈবাক মজাতিগী লেকুবা মশাগীতা থনবা ঈ শেংদবা মৈতৈ মচা খরত্তমা অদাগী অরেম অশা চাহুনা অদাগী মখোং হামহুনা অদাগী মরুংদা লৈহুনা মজাতি মৈতৈ মচাবু থোইনা লেম্না ওৎনৈরম্মী খি খিহুনা অদাগী মতেং লৌহুনা মবুডো আম্বানা চাম্বানবা। অহুম অহুম ওইনমক মরৈবাক নীংবা মচা য়াৎত্রবা মৈত্রবাক্তা মরৈবাকীদমক থম্মায় য়োম্লোক্লবা লিংকেল য়াম্নবা মীতৈ খুমোক অবক্তনদি — মখোয়গী লুচিংবা ডাকু নিংথৌগী থৌশিল মতুংইন্না হয়াব লাম্না তৌহুনা অদা লাম্মী খুৎপু খুৎপুবু অদাবা কয়া নংহনখি।

নোংমা আরঃ লাম্মী খুৎপু অমা মখোয়গী সর্দার চাওসানবা চিংহুনা থুংলখ অহিংগী অহানবা মুখক্তা হৈরোক ভুরেল তোর্কবাঙ্গা হৈরোক ভুরেল্লা থরুংপাক্তা তারমদাইদা লৈবা হৌজিক্কী য়াংজীং খুনগী খুনথৈ তেন্থা খুঙ্গাও য়োংঅচৈ মরক্তা লৈরম্বা মী তাকলবা খুন অমগী মুমদোমপোক অমদা। খুন্তাকল্যান-শিরবা খুঙ্গাওহ মী তাকখিবনা লৈমক কোনসাং সোরোক

য়াংবী মাপীবা থম্না হৌরে। করি অমুক হায়গনি চেল্লিবা তুবেন অহু শাওবা ফুম্না মথক কুপখ্রে – তুবেন নত্তবগুমখ্রে।

থুঙংগী অয়াম্বা য়ুম মৈ থ দোকখ্রে, থর লৈহৌরিবছুম্ন ইকিন কৌহ্নরে। মপু লৈত্রবা শেমজিনবিত্রবা লানগী মৈশা নংখ্রবা খোংজাও খোংনাও য়াওত্রবা য়ুমশিংহু ইচাই চাইনা কৌহ্নরবা ইগী য়ুমথঙগী নোং য়ুরদুনা ককাং কৌহ্নবা য়ুমথঙ্গা নাপী শিংবী চোরবা ভাক্তা ওইনা ভোরম্মী। ফজরবা থুন ওইরম্বা রাত্ত পাম্ব পাম্নম্বা — মনা মশাংনা ইশং শং পুখ্রি খোংবাল ওক ওক লৈরম্বা মফম চানা খোংলম লেম্লবা চুমলবা অতিংবা লম্বী, তুরেলগী ঈথৈ মতুং ইন্না থেক্না খোম্না তাখিবা য়ুমশিংহুনা য়েংবদা মীংকম হোংবা য়াইল্লমদবা, পাক্লবা লমপাক যগ্নাবুং শামবুং রাত্তনা য়েংথি য়েংথিবদা মিংকম হোংহন্দবা লমদমছু হৌজিক্তি কদায়—নাপীনা লোইনা থুমহংখিছুনা লম্বীনা কদায়, লৈরক্না কদোম. কোম্বোংনা কদায় পুখ্রি খোংবান শাম্নবুনা কদায় কদায়দা—তুরেলনা কদোম্ চেল্লিবা হৌজিক্তি থওরে কনানম্ব হায়বা ভাকপা ওমরে—নারক মোংশোং নাপীগী নাপীমক্তা ওইনা উরে। খোং হাংলবা খোংজাও খোংনাও য়াওত্রবা কৌহ্নরবা য়ুমশিংনা মুশিল মুশিল তুবক তুবক নারক মোংশোংলক্তা তুমিন তুমিন লেপতুনা মৈতৈ লৈমগী অরাবা দশা মীথা পোনবগী তুশোন মানশোন্নবা উৎলি মরেক শেংনা অয়েংবশিংদা।

অসিগুম্বা শেগায়রবা কৌহ্নরবা য়ুমদোমপোক অহুগী মচুংদা অথাম্নদগী উ.থ মুশি মুশিবা মৈয়া অমা। মৈরাহু তমহুনা অমা

থাওহ্ খুহুম চেংনা পাইরগা হায়রকই— " নখোয় করিমু কিকম লৈতে— ঐখোয় ওরাং মুংদাংদগী চারকখি ফুমলকত্রি য়েক্লবা তাঁরবদা—চানবা থরা পাঁয় " অসি হায়রগা মখোয় পুম্বা লৈমায়থক্তা কমথরম্বী ফুংগা অহুগী মনাক্তা ইকোয় কোয়না।

সর্দ্দার চাওসান চহি ২৭।২৮ ওরবা ঈনথংলক্লিবা, চাওশাংবা মশা উইরবা ওমথিরবা পাথওনি। মচাক্না উরমই — অহল অহু চহি হুমফুমুক্তো মথকনি। মতম কুইনা লাক্লবনা 'ময়াও কংলে— শোরে। অহুবু মতম অমদা মহাকফুম্না অথোইবা লাম্না অমা ওইরম্বী হায়বগী থুদম থরাদ লেক য়েংবদা উরম্মী। মুপী অহু চহি ৪০গী মথক য়াথৈঁদ মথানি। মশা মউ কৈ খোম্বা কনবী অমনি হায়বহ্ য়েংবদা থওই অহুবু লায়রবদি থম থেংলবা লাং মাল্লি। মাগী শেংলি চৈরিবা কাহু শেগায়রে মোংলে।

চাক থোংলিবী মুপী মচা অহু চহি কুনমুক ওয়মলগনি পুরৈ হুহু তোঙ্গানবা খাকথা কয়া কথবী মতৌ অমা লৈবী ওমুবীনি। ফনেক মনজুনবা অনা শেংলি কাদোন চিংথংফুনা। মাবু চেক উবদা চাউসান অপাম মীহৌবনা ভিমজুং খনাংই। অহুবু য়েক্লবগী শক অহু মুপী মচা অহুগী থম্মোয়দা তাশোনওমই, ওনিংই, য়াম্না হৈনিওদে।

অনৌব. চেঙ চাক পান মাইরেন লৈজবা থম পুথোফুনা থোং খাকথ্রে লৈশাবী অহনা। মথৌ মতেক শানরিবা য়াবী য়াতাইদগী থওনে— অহল অহু চাক থোংলিবী অহুগী মপানি — মহাক মবাইবুতো মৈথিঙ চোংথওখোয়গী মতমদা আয়াগা লাক্হংনবা

হৈদোকপা মপান থোকখিবতা মচাইনি । মাপা লোয়নবকপশিংদা চাওসান মখিং থংখি— ঈখিং তোখি । মখোয়গী মপাগী মমাগীদু কোয়শিন্দুনা থম্বি — চাওসান মচীঙকোনকোয়দা হাইকিং ফুনং মপান থোকখ্রে । খুদেং থমখীবতা চায়থীবি তমুবীগী খুনাং পাইখ্রে —মথম্না কনেক ফিবোন কাওখ্রে । কীতুকচম্বী পাজল লোঙবা লমন খুমতংম্রবী মকাম্না ময়ল কোয়দংলবী অশাও নীঙথমথম্বা চাইহাক হীক শীক কপলূয়গা ইমুং চংলকুনা য়া লান অমত্তা চাঙলদা তুমিন্না কমুং থক্তা লেনবি অহিংচু ।

মতম অহুদা ডাকু নিংথৌগী শগোল লাম্বীগী থেংবেল লাওক তংনকপদা সর্দার চাওসান অহিংগী অহূমতংবা মুখন্তুন মাগী তুং-ইনবশিংগ লোয়ননা শত্তোকলবা থাঙশাং পাখ্রহনা মপাম্বা চেনথোকখ্রে । থাংগা থাংগা তাগা তাগ থেংনবা "থাক থাক ক্রেং ক্রেং" লাওবা খোঙ্গোক অশোক অনাগী নাংংথেন ভিন্নবা শাবাও লাম্লাওগী থেংবেন তংখি । চাইহাক লৈরগা শগোল থৌবগী থোংথাং লাপখ্রে । চাওসানগী কাওবু কনা য়ায়া শিখ্রে । কনা য়াম্না শোকখ্রে । চোকথময়বা মশাহু মনাক্তা হোৎনবা হৈবৌ মথোংদা চাহুনা অহিং অহুমা লেনখি । ঘিকপ থোরকপদা থোং চান্নবদে অভীংথগী মন্নাইন্ন চংখ্রে । মতম অহুদা মহান্না থমকচ —"ঐহাক তমুবীগী মথমদা ওহোন্না লানখ্রে— ঐহাক অমুক্তং চত্তুনা মাগী মকমদা লায়ককসে । "

মতক অসিদা মৈদিত্ত চীংজেন লোংজেল থোকা লাইখিথেৎ মনাও ইকুচেঃ পাথৌ ময়াসিংগো অমিনা মৈত্রশাকা লালানকনা

অদু অমা থাক্লগা তানথায়ররে। অদু লাঙ্গীপুবা কায়হুনা চেনখ্রে মিংথি হাংবা য়োখ্রে। মচাই মচাই লৈথিবা দুটপাত তৌরবা অদু কয়া থবনা লোয়না চেনখ্রে, মৈত্রবাক য়াংলদা থগনা কাখ্রে, লাইনিংথৌ চীংলেন লোংজেন খোঙনা — অদুবু চাওসান মখক্তদি হৌজিক কাওবা কাথ্রি—মহাক কনো অরাদ: অমুক হনগে নিংজ্রে। মখোয়না অহিং অমা লেকথিবা তমুবীগী য়ুম থিয়ক্লে। থাপলবা অদু লৈপাক্তা য়াম্লবা মচিন মমাও মরক্তা মাগী মতীক ওকপা লম লৈজ্রে, হৌজিক লাল লোয়খ্রে চাওসান অমুক অরাদা চক্লরোই। লোইদাম থা অহুমগী চুংদা চাওসান হৈরোক তোবর্বান্দ শেগায়রবা য়ুমহুদা চৌরক্লে।

ওহোকপনি নোংলক্লগী থৌশিল — অহিং অহুমক্তদ: চাও-সানগী মরু হনথি। তমুবীগী খোইজিথাদ। অদা মিতম য়েকখ্রে। চাওসান্না থুংলবা য়ুমিক্ত' লোইদাম থাজ অহুম তরমলে। চাওসান মকোক লোয়না থুরমজহুনা মরাল তাকপীয়ু হায়জথি তমুবীগী মপা মমাদা; তমুবীদদু কয়া হায়জরে। তমুবীনা য়া অমত্তা তাংদনা থনথি "য়েক্লবগী মচ' য়েক্লথনিকে"। মচা য়ুপা পোক্তব মতম কুইনা নাররা মপাঙ্গল শেল্লবা অহল ওইরবা তমুবীগী মপা মমা চাওসানবু মচা মমা ওইনা থদা পামলম্মী। মরুওইনা চাওসান মাগী মরূপ অমুখোয়গী মচ মুপা ওইরম্লে; হয়াওজরে। চাওসান মমম ওক্না মকুগী লৌ-শিং উত্তুনা ঈংখোল শংবল কোইহুনা পাম্লক্লে।

লামগাইরুবদগী মহৈ মহৈ হজিজকত্তুনা থুন অহু হায়তম তক তহেললে। চাওসানগী মমম ওকপা, নোথা তক্সবা, মী ভিরবা হৈবা অমদী মহূ মনেয়া লুনা তৌবনা মহাক মীতোপ

অমা এৎলকত্রে। খোক্লববা নোংলববা শীনখুবনি খঙ্গুহুনা, মরু ওইনা মপা মমানা ততনা খেমবদগী তমুব'স্থ তঙাইকদনা চাওসানবু মপুরোইবা অমনি য়াথি। অত্তবু মপুক্তাদি কাওবা লৈতনা খনথি —মহাক্লা নাওপুরিবা অঙাং অহু মৈত্রবাকী য়েক্লবগী মচা য়েক্লবনিকো

ঙসি ঙসি হয়েং হয়েং মথং মথং অমসি মথংদা অমা, নোংমা নোংমা হৌখিহুনা চাওসান্না খুদ অহুদা লৈরকপা খা তরেৎ তরে। থা তর' হুম্বিং তরানি নাওপুরবা তুংদা তমুবী ম'মিং মমায় পাংলে লৈকাইগী মায়োক্লবী য়ুমলোয়বা খুনগী মাইবী কোয়চেম চেয়হুনা তমুবীগী য়ুমহু ঙসিদি ঊরাং শাংলে। মতম চানা অয়ুক্তা ফজরবা মচা মুপা অমা কংতরবদা চাওসান হরাওবগী ঙমখৈ লৈতত্রে। তমুবীগী মমা মপাস্থ মঙ মুপা অমা পোকলবহুদা হরাওবনা অমুক্তোইবা মথুম মর'ং হে'রে। তমুবীগী মপাহু অনাবকা লোয়না কপ্লে। লৈতব তরেৎ লেঙ্গা য়েন্দুনা মগুগী য়াইকনবা ঈশ্বরগী মকমদা খুরুমজরে। চাওসান হরাওবনা নোকমী নোকমী তৌজরহুনা মপা অমা ওইরে খনবদা হায়কম খঙদনা মুঙাইদৈ মরক মরক্তা তমুবীগী নাক্তা চঙহুনা মমিং মমায় তরু তরু পাঙলিবা মশা খিঙলবা অঙাং অহু চেপথ চেপথ য়েংদৈ। মচা মুপা অহু উরগ মানা নোকপা কপ্প' অহু য়েংলগ তমুবী ঙাইহাকদু নোকচৈ অমুকস্থ কপচৈ। অত্তবু মপুক্তদি কাওবা লৈতে— "মৈত্রবাকী য়েকলবগী মচা য়েকলবনিকো।"

নোংমা নোংমা হৌখিহুনা মমিং মমায় পাঙলবা মতুং হুম্বিং তরুকনি তরে। ঙসি ইপানগী হুম্বিংনি— তমুবীগী মপা মমা

মতম্গী ষষ্ঠী দেবীগী পূজাশীংদবক শীললাক্তুনা যদোম ক্ষীর চৌনবা শেম-শাদি। চাওসাম্না ইমুং কাদোন তুমাং হাইবর তৈত্তুনা মমাম্নবশিং শীজ শীথক্লবা শেমশাবা লোইরগা হপান থামবশীদবক মাইবী কৌক্লহুনা থুংলরে।

ভারত ভবেং কৌ থুমোক অচৌববা থুম কাগোক য়াংকোক ভাইমেন পূংকাই হৈবী মনান'চংবা ময়ম পুম্বা শীজ লাংবা লোইরগা ইমুংদা চত্তনকপা মতমদা মচা মুপাগী লোয়ননা তমুবী লৈরমগে। মপাম ইপাম খোক'থং ম'গী ডাইহাক য়েংলবা তু'দা মকী মহোল পুংচোং চোংলবী তমুবী হৈরোক ভুবনেশ্বরী কারকলম্মী। চাওসানবু উবদা থানা অমুক্তং য়েংলমলগা ময়াম্না হংবা কন্নিমত্ত থুমলমদনা মাগী কমুংদা চত্তুনা উপ্রান্না হিপ্তুনা মে'ম্না মমাম থুম'জম্নুনা লৈরে।

পাখংপগা লোইননা চাওসান হৈরোক ভুবন লোমদা চেনখ্রে ডাইহাক লৈরগা মখোয়না উরে — চাওসান্না থরুংপাংকী ডাকী থৌরগা কুমথাদা লৈরম্বা শিরবা মচা মুপাম্ম কোম্নহুনা মশা খনা ইকা কাবা মরু লুকনা মমিত্তা মপী ভাবা কপলখা। মখোয়না ভাখি— মাগী থরায় শোকনা হাবখিবা য়াউই — "ঐহাক লেপ্লমক মায়থীরে।"

তাং ১৫-৭-৭১

———

# মাঙলোংগী লম্বীদা

অথাপ্পদা উবা অশংবা উনামা বুপ্পব। য়েশমঙম থোংলমগবোই নিঙবা চৌংদোমশিংবু চত্নুনা য়েংনিংদবা কনানো? মোইরোক্লা য়াম্রো কয়া, মিপাও কয়ামা মিহোৎলবা মনিপুরগী অহাং নোংচুপ চৌংশাংগী থুম্বোনপোক মাঙলোংগী চৌংগী ভ্রুকং য়েংনিংলবা মাওরমগনা? চৌথিবা চহি থরগী মমাঙদা য়ানী হায়রা থওনবা পাইতেত্পুনা লোংত্তুনা হিংখিকম লেম্নাখিংগী য়ুমা তৌনকম ভ্রুকংদো কয়ম্রা উবিংতোইদৌরিবনো? ঐন্নু অনুবা খাপাগা লোয়নবা— অনৌবা মী অনৌবা থুম মথং মথং য়েংগে হায়দুনা লোংরৈ ১নুং লেম্নাগী নমশিং হংশোমদা হৌখিবা ভিলেজঙ থাদা কোয়রগী।

ঐগা লোয়নবা নম্বু অহম পোর্টার অনি অদুগা ঐগী, ওয়-দয়লাগা থানা ঐথোয় তয়েংকী কাওবুনি। থুদ অমদগী থুদ অমা অওমা চৌং কাগদবনি— দুমবা লোকচপ - কুমগদবনি বাপী ময়ক হুদায় ময়ত্তা বাপী হাইদোকতুনা চংকদবনি। অমুকী পুং ১দগী মুংখিদগী পুং মচা তাবা কাওবদা চংলিবা কাওবু অহু মতুনা মী অতৈ থেংনদে— উমং অমগী মথংদা উমং, শিংনাং তৌ য়েংদো মৌবী পাম্বীগী ময়তা কবিঙম্বদা কমমবা নম্ৰী কবিঙম্ব তাপাদা মুক্তাইরক্তা দুক য়েংথখিবদা মিং তম্বন পাইরবা লোকচপ লাম্বুনা চৌংচেপ্তা চংলমই— খোংকম অমতং পোইখিবদা — থু হায়নিংত্রে।

ইং ১৯৮৫ গী ডিসেম্বর থাগী অহানবা চয়োলদা মিংথম কিজোল শেংলবী লায়াং চৌংশাংদা — উখ্রিবা উনিংবা খওজিবা খওনিংবা য়াথলনা লমজিংহুনা চৎপা হৌগৎলম্মী। ওবাংগী অহিংদা পুকয়ুনা গাওয়বা হেড এসিসটেন্টকী থৌওং ময়না থোয়দৌ শাওগৎহনখিবা ওসি অয়ুক কাওবা ফত্র—নৌহৌনা ওসি অয়ুক অয়ুক যনা কল্লবা ওয়দারলী অচুনা থবক ময় শোয়বদগী থত-শাউ শাওখিহনা — অয়ুকী চবা হেন্দুনা পুং ৮ তাবদগী থোং শানদোয়কথি। অমনবা তমেংলোং হায়বদি ভাজাই চৌংশাংগী সংনৌ পাত্রাম কাওবা থোওনা চৎপা হৌরক্লে থাইনগী তমেংলোংগী উগী পেং (থোং) লান্দুনা মথং মথং কুমথবনি তুইপা তোর্বান তাম্না। লম্বীনৈতে- থোওলম্বী—নাপীনা খ্বাং মাকন্দগী হাইথরকপ য়েংদৌ তৌ শিংনাংগী মতোয়া কোক্লা থে, চুয়' লেপথৎতুনা চৎপা য়ারমদে। নোঙ্ নোঙ্ কুমথরম্মী। মতম অচু কাওবা তমেং-লোংগী খুয়াকপা মাকুইনাংনা থিন্নোকলম্মী।

তুইপাগী ইরাওথোন তারক্লে—গাওয়ুয়া মাকুইনাং নৈহৌরে। ঐথোয় ৭ত্তা চৎলক্লে। লম্বীনা কদায়দনো উমংনা কদায়দনো শায়মলা মীয়মলা চপ মায়খ্রে। শওয় ১ম্বুং লমওকনা মচিয়া হন্দুনা উক্ল য়াক্ল অমদি চাবা য়াবা পাম্বীগী মক হন্দুনা চাদিবগী খুদম —শাগী থোঙ্গুলনা থম্লপা মকমদা চৌংচেপ্তুা কৈনা কৈনা কুমথরম্মী তুইপাগী ইরাওথোন তারি মশক্তি উবা নৈত্রি। কয়া য়ায়া কুমথখিগদগে — থওজি কৈগল অমম্বং কপ্রাক্তি, কনা য়ায়' চোকদে। মিংথম থাদি— লিল থোক্লম্মোই কাকৈ চৌকলোই থজি—অচুবু উরে মাওমক্তদা — লানগদৌয়িয়া য়াগী থোং মথক্তা ইশাংশাংনা

উরুমলক্তা চৎপনি অহুমু হকচাং হমাংবা পুমচোৎ ঐগী— শা মচুগী পুনোত্তর লৌথোকতুনা পুয়াংদা মাগন্মী। মরক মরক্তা উরুম উমারক্তগী লিখোকতুনা মুংশৎ লিরি শিংপা মুংখা কংবা লম-দাংদা নামিবযু থাগত্তবা ওমদে— পোৎপুবা পোটরনা পোথাবদা ট্রানজিসটরদগী লাইট ম্যুজিক মুংশিরবা "খঙোই থিনাইবী" লভাগী থোরেনদা থোংনা মোরবী গীভাগী থোমপোপত্তা, নারব রাকিগী থৈশক্তা — চৌং লবী কাদগী অরাবা ভাইহাকনু কাওথোকই। অমুক চৎ অমুক পোথাপুং অদি মথাই য়োমগী চৌং লবী কারকলবদা চৌংনো লৌমল অমা শমগৎলম্মী; মহুদা লোংবৈ অহল অমা থবক তৌরম্মী। মাঙোন্দা লম্বী হংহুনা কাখৎলকপদা শংনৌ প'ত্রাম থুনগী থুনবু অথোরিটিনা ভাগরম্বা থেংনরে। শংনৌ পাত্রাম থুল লোইনা খৃষ্টান ওইরে। মথোয়না অচম্বা চাহোগী চা— মগ অচৌবা থনি— থকহল্লে। কমলা অমা অনি চারে —থুন তম্ব চঙশিল্লে।

থুনগী থুনয়ার ভামা চৎপদা লায়াংগী এস, ডি, ও, লাক্লে হ যুহুনা ময়াম থোক্তুনা ওক্লম্মী। থুংকম শং অহুদ থুংবমক্তদা ময়মথুমাল্লে ঐগী ওয়দলীনা কম থাবা লোইবা নংদনা ঐহাক হিপথরম্মী — কনা কন লাকপা কবি তৌরিবা কবিমক্তা নিংশিং-লমদে। পুং অময়োম পোথারবদা পুং মঙা মথাইয়ে'ম ভারকপদা — ম্রিকপ থোকলম্মী মত্তম অহুদা লোংবৈনা চিংবা থুংলাই পায়বা মী ১৫ য়োম মমি মরি লাক্তুনা ঐথোয়না লৈরিবা মুম অহুগী মনাক নকনা চৎখ্রগা মথকী মুম অমদা চঙখি—থুনগী অচল লম্বন —থুম্রাবপা লৈশ্বা পাখঙ থয়া কোয়েংনে চেমবা লাওবা উরম্মী

ঐখোয়না থুংবা কাহুদা লম্বু অমম্ব ওয়দন্নীন্দ্র চান থক্লবা থোং থাকপা হৌরম্মী।

তাইহাক লৈরগা খুল্লাকপন্থ হল্লক্লে—হংবদা মখোয় উম্নুংগী মাপা লাম্বীনি- এস ডি ও লৈরবনিনা মখোয় পাত্রামদা লেক-লবোই তাইপ্রামদা লেকুপি হায়হুনা চংখ্রে । থেংনবদা কয়া মুংতাইতবা মীতাপিংহু চংখ্রে তাংদা চিংনবিতাই লৈত্রে মরমদি ঐগী এসকোট য়াওদে । অহিং লেল্লে - খুনগী অহল লম্মন অমম্বুং নহারোনশিংগা হিরম কয়াদা য়ারী শারে ।

লোংদি পায়াব —শংবৌ পা য়াম হায়নম্ব থওমবা খুদ — লেংবৈ থুমি—লাইরিক লাইত লৈবদা তদেংলোং সব-ডিভিজন মহুংদা — অথোইবা অমমি—পুন্নমক খৃষ্টান ওইরে; অহুমা অরিবা মমাংতৈগী মরমদ থওনিঙাই করিম্ব লৈতে । মরমদি অরিবা থাদোকখ্রে । লোইনা অনৌবা ধর্মগী অনৌবা আচারব্যবহার থোইনা আমেরিকান মতৌ তদা তাক ওইখ্রে ।

মথংগী লুমিংকী অমুক পুং মাপন মথাই তাবদা সংবৌ পাত্র'ম থাদোকলমখে । ঐখোয় হৌজিক তাইপ্রামগী লম্বীদা মথং মথং অমুক কুমথমকই অমুকম্ব কাথংলম্মী—করিগুম্বদা উরবগী লম্বীদা করিগুমদা হুংশা লক্তা ডিসেম্বর থাদা হমাং শোয়বা য়াওরমদে । তসিগী লম্বী সিদদি — খুনজ অমা অনি তুইপন্নাং তমলকপা থেংনরম্মী । মহৌশাগী ফজবদি —থাম্না য়েংখিবদা থীং-কম হোংবা য়ায়মদে। থেক্তা থোইনা চেল্লিবা তুইপা তুংরল নুবা ঈশিংনা থল্লিবা য়েশম চীংহুম মরক্তা লুপাগী কিজাং থাবদা, হুংখিংবা

মাগী চহিগী নীংশিং মুমিৎ তৌদ্রে— মাগী মোংফমদা মুংলিবনি হায়রমই। ঐস হংবদা শা উংদৌ ম্রাওবিবা মুন্তিসিং খসি মহাক্কা হিংলিবৈদো পাংথোকখিব থোৱা কবগী খুদমশিংনি— মাবা শিক্সিমবা খুৎলাইশিংগী মওংনি। হায়রদি মাবা হিংনি-বৈদো লমওক ৬ কাখি শ ভ ৪ হাংখ আসবচিংবা। মহু হায়মকপদা মী মকোক মাবা ৮ থক ম্রাওবহুবা ঐগী পুক্নীংদা মহাক অহুবা মীও ৮ থক হাংখিবোইবে থম্মই— মমদি অপুক কোচিন ওইদুবা লমদা মীকোক খিম্লোই হায়বসি থদুদবা ওমদে। ঐগী চিংনবা কোক্ববা— ৮ অহু মী মকোক্লা হংপুবদা মীগী নথে মোংগী মকোকনি হায়বা খুমলমই। অনুম্মা শিংখিবা নিংশিং চুমিত্ত খুনগী অহল লমন ওমলপ খুন পুবা মুস্থু অহুবা মোংমহুদি পীজ-পীথক তৌবৈ।

থর চপ্থোমকপদা মুথ থুনক্তা মুম অহমগী মপাদ বা মতোম কক্কবা ও মুংলপা মহুদা পমাগী অতোবী পোলাং ম্রাক্লপ ফিব্রান অমস্তু থেংলমই। ব' অহুদা ভাচুগী মওং অমুবা বৈতাম্মা থেকলম্মী। কম্রিনো হংখদ চহিগী খুনগী কোর্দোক থায়বা কৌ থর ম্রাম্না লৈবা মুমদা অম্মা কৌ ওইবী কৌমিবনি—খুম্রবম্মী — (মসি খ্রীষ্টান নম্ভবা মেংটৈ কয়ুই লক্ষু চংবৈ ঐহাক মোলুংদাইদা উদ্রে — মুমহুংদা অহলশিংনা পুং ভাব খিদ্রুনা জগোম খানা ঈবৈ শক্লা কৌ থৌব ] চুখিৎ তাগ্রবদা —থৌবৈগী মুমদা হল্লে — চাপদবা থম্মা চায়পা খুনগী মীশিংগা রাঝি রাভাই বর খায়পা অহিংহুমা পোথাম্রে।

মথংগী অমুক্তা ঐখোয় অমুক কুমথরম্মী কাতাংগী লমীদা লাংপ্রাবগী সিমানা লোইরোট লোইরোই কুম্মী শিংনাংলক্তা মৌবী লক', কদবা থোঙলপ্পী লোম মচা কয়া লাক্লে — থুরেবু থাঙতিনা কন থাপ্প খিন্দোকলম্মী। থাদোকখ্রবা কুকী থুম কাওহনা মৌমল্লে লোক ১দা পুঙনক পোত্থারে টক্ক মাইথকরে। অমুক কুমথরক্লে খিম্মনা ঃমৌগে বয়াক তুরেল — লাক্লে অহাংবী থোং মৌরে — কটাং সিথানা। অমুক কারে কাতাং থুম তয়া — অমুককী পুং ১০॥ রোম তাথদগী। হৌবিক অকুপ্পা থাওরে — কাবক্তা চাইরে। কাতাং থুম মৌবা লখী ওমদবা নত্তে। মিপ্পী ৪৫% দগী ৫০% কাওবা ওয়মলমই। চৎলিবা কাওব্রু নত্তনা থেংনরমদে কপ্পা মত্তা মঙা তক্কলক পোত্থাম্বা তুংদা মুংখিল পুং ৪॥ রোম তাথদা চাওয়াক্লা পুং ৬ লোম কাম্ক্লবা তুংদা মৌরে কাটাং থুম — । থুমগী থুখিন্দা ডাটরমই থুম্লাকপা হেইনবিয়াং ।

চৎনবীখি কেম্মীশিংগী — লানশিংবী অতোংবা মপ থমা কমলা থয়া, ডসিদি কাটায়ং থুমগী নামুংবা হুমিৎনি কনাস্থ মপান থোক্ক্ময়মদে মৌরে থুময়াই, পোত্থাকম পীরে থুমগী ওথাগী মুমদা ।

কাটাং কেমী থুমগী মরক হায়কেং চাওবা থুমদি। মুম্লাক ৫০দগী হেনগদি। চপ চানা কেমীগী মঙং কংবা মুমদৈ কৈকৈ থাইমগী মঙং উবা কংলম্মী থুষ্টানগী মুথদি ৭ তমি। থুম অসিদা থাংজুকী ( পাথং কাল ] ২ থক দৈ। মামুংবা মতম ওইবনা থুমগী অহল লমম অহুপা অতৈ অতৈপা। য়ামী শাদবগী মরম লোই-

লোকপা লৈরমদে। "নাপা পাথ" হৌবা গ্রাহাম চাওরায়ন লাক্লমই মাগী অর্ডালী ওইবা সুপানি হায়বা অমগা তুলগী ওঝা অমগা, অহিং অহু য়াম্না শানথুনা লেপ্লমী। গ্রাহাম চাওরায়নগী অর্ডালী ওইরম্বী হায়বহ্‌ তেংবা লোন নত্তনা অতৈ লোপ্লমদে — মাহাক ঐহাক থম চিংনরম্মী। মহাক্না মণিপুর গবর্ণরগী ওফিস তরখিংগী মথক্তা নত্তবা বা য়াম্না তাওলম্মী। নোংচাম্লবদা ঐহাক্না হংবদা মহাক্না অর্ডালী ওইরম্মী হায়রিঙ্গবা ওইরমদে — থাজেশেংবানি মহাক নাগা অন্দরগ্রাওন্দগী মরু ওইবা মী অমা ওইরমদে — মমাংদৈদা তাখিবা নাগা অন্দরগ্রাওন্ডগী লুচিংবা তুনা চায়বতুগী থুম্নি কাটাং হায়বসি — অহূবু — "মা'প কমাইদ" লৈগে . থুনগী মী অমত্তনা হায়বা ওমলমদে।

নোংচাম্লবদা কাটাং হুন্দোকলমদে — খুল্লাকপা হেনবিয়াংন কনা থাপ্না পিন্দোরকই — হেনবিয়াং চহি ৭০গী মথক্তী অহুবু মতিক চাম্না কল্লি য়াম্না হয়াওহুনতা লৈবা লোকনবা য়াঙাং য়াম্তা কাগী হৈবা মানা চাংবা তানিংবা সুপানি মরুওইনা লুচিংবগীগুম লৈবা মীতানি — মহাক দিল্লি চৌকরে রিপব্লিক দে থাওকরে — লৈখত্রে প্রধান মন্ত্রি জওহরলাল নেহরু উনকরে। মানা চৎলুবগী কোটে নচিংবা য়াম্না উৎলম্মী। নেহরু লৈখিত্রে তাবদা মহাক য়াম্না সুতাহত্তে হায়রম্মী। মহাক লৈহৌরে — ঐখোয়না কাটাংগী সিমান লোইত্রিবাওবা কুমথররমঞ্জী।

লোকমচা অম লাল্লবদা মাগুলোংগী সিমানা য়ৌরে। অয়ুক্কী পুং ১০॥ রোম তাংদগী অমুক কাবা হৌরে। কাতাং কাবমুক চমত্রবস্থু কুমথবগী শরুক যাংদ্রে — কাবক্তা ভাযরে অচুনা নিংথম থাদা হুমাং শোরোইদবগী মরম লৈরমদে। অস্তুম কাল্লকপনা মুমিং য়ুংবা মচুং পুং ২ রোম তাবদা পোথাকম অমদা কমচুনা ত্রাঞ্জিসটরদগী রাফী লতাগী ঈশৈ তারম্মী। পুংথায় মুক পোথাং রবদা মী থর লাকপগী মখোল তারম্মী। দাইহাক লৈরগা ওংঝি ইউনিকোর্মদা মী ৪।৫ থক মার্ক থ্রি রাইফল অমস্তুং ব্রেনগন পায়বা অমগা মখোয় মদং মথং কায়কলম্মী। য়েংবমক্তদা মখোয় অন্দরগ্রাউণ্ড নাগা আর্মীগী সিকাইনি হায়বা খঙলম্মী। থুংলাই য়াওদবা ঐখোযনি থুংলাংথিবা থোকনিঙাইনি—মখোয়—মুম্রা মুম্রা য়েংলমলগ বা ভাঙলমদনা হেন্দে কুনা চঙখ্রে। চংপা হৌগে থল্ল- হত্ত তেংকুনা অমুক থর কুইনা পুংথায় অমরোম হেন্ন পোথারমই। পুং ৩ লোম তাংদনপদা অমুক কাবা হৌরে। নিংকোক নিংকোক তৌই এমবুন তৌবনগদ্রা ? থোইদোকপা থেংনদ্রে। পুং ৫॥ রোম তারকপা মুমিং কংরমদায়দ থুন য়োরে, থুল্লাকপা দিরেবংবৌ হৈনচোং, গওবী অমস্তুং অ.থারীভী নামথ্রিলাকপাওনা ওকলম্মী। মহৌশাগুম অতিভবা মগ অমা।

স্কুলগী শং অমদা পোথারে ঐখোয়গীদমক ওক (রাই মরী] অবা হাংলে। থুনগী অহল লমন নহা থর ঐখোয়গা চাক চাংম- মগনি এল, ডি, ও, সাহেব লাকপগী হরাওবা মুমিংনি।

লায়াংদগী চৎপা হৌরকপদা থম্লকপা উনীংবা মাঙলোং য়ৌরে। হায়কেৎ চাওরবা লেম্নী থুননি। য়ুয়াক ১০২কগী হেন্না নৈ য়ুয়াক ২০ মুক্তনী খৃষ্টান ওইবা অতৈদী হায়গী থর্ম। শাকং লোন- চৎ য়ুমলৈকৈরে করিমত্তা হোংজ্রি। অনৌবা তাকনি থুয়েক ঐহোন্দদি।

অয়াম্বা য়ুম ইনা ফুম্না মমাং হাংবা মখিত নেম্বা কতবা ইবাগী শাইজিন তাবা সংগোয় য়ুমশানি। মওংসি অকবা হৈনী মতং লৌহনা শাবনি হায়। ময়াংথোং অমগা মখিত থোং অমকী হেন্না ফাঙে। ময়ামদা ফুম্না নৈ। ফুংগা থক্তা মরোল ২।৩গী লপ নৈ। লপ অছুদা ভা শা চুকচাক নচিংবা কংহন্নুনা থম্মী। লানা য়োম্বা থুম মপুন মপুনগ্ন টল। শিকিয়নমা থাং ভা—খুয়াকপগী য়ুমলা অতকী নোংমৈ নৈ। থুনগী থনদিনকম থৌবৈ য়ুম নৈ। ফিমেথংবৌগা অসুম থুন য়েংবা কোইথোকপদা থেংনক্কয়ে থাংমুকী [পাথত্ কাল] হুংবদা মাঙলোংদা থাংসুকী মম্রি নৈ। থুন অমদা য়ামন্তবা ২ নৈকম থোকই। অসিদগী হেনবা চাকনি। থুনগী পাথং থুদিংমক থাংহুকী অমা নত্রগা অমগী মেপ্পনি। চথোয়না চাওযবা য়ুম অমদা পুম্না লেকমিমৈ। খ্বাইদগী চহি য়াম্বা পাথং অছুনা থাংমুকী অছুগী মকোকমি। থুনগী মচুংদা অতাং অমা হেক পোক- পদা থাংসুকী মরি অছুগী মরক্তা অতাং অছু ইহান হায়া ঐথোয়গী ওইগনি হায়রবা থাংমুকী অছুগী মেথর ওইগদবনি। অতাং পোক- লিবা ইমুং অছুদা নৈবা অহল ওইবী মুগীশিংনা" কয়বা থাংমুকীদা" হানবগে হায়বহ্ লেপকদবনি।

থাংজুকীগী পাথংশিংগী মথৌদি শীং চনবা, খুন চাকপা, অশোন অমা মতেং পীবা অচুগা খুনগী অহল লমমা হায়বা থবক অয়াম্বা পাইবনি। মেতম খুদিংমক মযুম মযুমদা চাক চানরুরগা থাংজুকী অহল চুপা লাকদবনি। ঐখোয়না য়েংজবা থাংজুকী অচৌদা পাকলবা শাংলবা হায়বা উপাক ২ থক যুমগী নাকল ২দা থারম্মী। মচুদা থাংজুকীগী পাথংশিং উগী মোল থাওচুনা তুমবা মাও' হায়রী শারম্বা মাও লৈরম্মী। ময়াইদা ফুংগা অমদা লৈ চৌরম্মী। শজি শগাই শাজন মকোক পয়েং শঙ্গং মকোক ১ন্না মচিম্বা থেংলম্মী। অচৌবা পুংলাও অমম্ভু মমুংদা লৈরম্মী। ময়াম অচুগী শিজিন্নবা তা ময়াম মকম অমদা পুরপ যুংচুনা লৈরম্মী।

মথং অমুক চখোকখিবদা লিউস্কুকী (লৈশাকাল) অমম্ভু থেং-নরম্মী। মচুদা খুনগী লৈশাবীপুম্বা লৈ। মথোয়গী মথৌম্ভু অমদি মেখর ওইবম্ভু পাথংকালগা চপ মান্নে। লৈশাকালদা মোইথাপ মাইবা কিশাবলাচিংবা তৌই। মীগী সেবা তৌবম্ভু মথোয়গী মরুওইবা থবক অমনি। ফাদ অচুগী খ্বাইদগী অহল ওইবী অচুনা লৈশা কালগী দুচিংবীনি। করিগুম্বদা থাংজুকীগী পাথংশিং লিউস্কুকীদা শোকায়রকই। হায়রী হাতাই শাচুনা লোকমিন্নে। লোন লৈনবগী খংলাবা চুংশিবা থম্মবগী মফম অমনি। লৈশা কালদি পাথং কাল-গুম্বা চাওদে। মথোমম্ভু পাথংশিংগুম্বা মযুম মযুমদা সুংদাংগী চাক চানরুগা লৈশা কালনা হন্নচুনা চুমলগদবনি।

দিন্নেন্নংবৌ খুন্নাকপদা ঐনা চংবদা মাবা খুম্মখী দুহোংবদি অমাম্বনা হুপী হুপা মশা মশা মানমগা—মচু অমুক মপা মমানা

য়ারবা তুংদা নুংহোংই। অদুগা মপা মমানা হায়বশীংবরগম্ লুংহোংবা চৎনৈ।

য়ানরবা তুংদা মুপা মমুমনা মুমিং অমা লেপলগা মুপী মমুমদা মংকং অদু শেল ওইনা নত্রগ পোং ওইনা পী। হৌজিক কায়দি শেল ওইনা পীনরে। চাওরাক্লা মুপা চামদগী ভাদনা পীনৈ। পোং ওইনা পীবা ভারবদি লুংহোংগদবা মুপা অদুনা মকু ওইগদবা হায়বদি মুপীগী মপাদা থা, অমা, ত অম শেংনবা ফী অমা পীগদ-বনি অদুগ' মুপি মপানা লুংহোংগদৌরিবা অদুদ' ইমুবা কি অমা পীনৈ। অদুদগী মুপীগী ইমুংনা রাই মডাগী ওক অমা হাংলগা মদু মুপা মমুমদা পুরগা খোংদুনা ইমুং ২ অদু চামিনৈ। লুংহোংগদবা মুপা অদুগা মুপী অদুগা মখোয় ২ মক পুথম অমত্তদা ফুংগা মনাক্তা চাক চামিনৈ। অদুমগী মুপা অদুগা মুপী অদুগা মুপা মমুমদা মরুপ মপাং অহল লমমা থিন্দুন' চৎলি। কন্যা (লুংহোংলিবা মুপী) অদুনা মুপা মমুম য়ৌরগা মুপা অদুগা মুপা মমুমগী ফুংগা অদুদা কপ্পিরগনি — মতম অদুদা — মখোয়গী রা' পুবা অদুনা ইহান হায়া মতৈ মনাও অদুবু সুডাইনা পামু হায়দুনা বয় পীগনি। অহল লমন অতৈরম্ অদুম্মা বর পাগনি। অদুদগী ওক নত্রগা শা হাত্নবা মুপা মমুম মুপী মমুম চাক চামিরগনি। মসি লেংমৈশিংপীস্ অদুম্মা তৌই। মুপানা মুপী অমদগী হেন্না লৌবা য়াই।

থাইনবগী মতাংদা দিরেরংবৌনা হায়রম্মী — লেম্মীশিংগী মরক্তদি মুপা মুপী মশা মশা য়ানরগা থাইনবা চৎনৈ। মমা

লৈমিবা মুপীনা থায়নচুনা অতোপ্পা মুপা অমদা মরা নাইয়বদি মুপী অচুনা মাগী মংকং অচু মুপা অচুদা হনগদবনি। অচুগা মুপী লৈবা মুপানা অতোপ্পা মুপী লোয়বদি মুপীনা মংকং হনবগী থাকম লৈতে। মুপীনা লুখ্রা ওইয়বা অচুগা শিরবদি মুপা ময়ুমগী মীশিংনা লুখ্রা ওইবগী মংকং অমম্বুং শরুমম মুপী ময়ুমদা পীগদবনি। লুখ্রা মংকং অমম্বুং মুপী শরুমনদি শেল অচুক য়ংম্বা য়াম্মদে। মসি লেংবৈমশিংগীম্বু চংবৈ।

অম্বুম বারী শানা শানা থুল য়েংবা অম্বুম চখোকখিবদা মুম অমদা কপ্পবা মখোল তারমই—চণ্ডখিবদা উরে মুপা অমা শিরছুমা মহাকপু কুমনবা শেম শারম্মী। অশিবা মীচু ইরুল-খোকপিরগা মাগীদমক য়েম্বা অমা হাংলে মহাক্কী কু অচুদা—শিরিব মুপাচুনা শীঞ্জিররগ থাংতা, মানা শেংলম্বা কী অমা চাম থরুবা পোং, লম্বীদা চারুনবা চয়োম হাপ্লম্মী— থুনগী অহম্না করিনো থম হাররম্মী। করি হায়রিবনো হংবদা "নহাক চংপা তায়বরিনা থুদোংথিবা য়াওদনা চংলু মুণ্ডাইয়ু" হায়রিবনি হাররম্মী। অম্বুমা হায়রগা অসিবচু কুমখিরম্মী। শিরবা মতুং লোংমা লরপা ২গী মতুংদা কুমনৈ। চহি কারগা নিংশিং চুমিং তৌই। মরু ওইনা দিসেম্বর থাদত্তা নিংশিং চুমিং তৌবা চংবৈ হায়রম্মী।

চহি অমগী মতুংদা তৌবা থুনগী হরাও কুমৈগী মতাংদা থুম্রাকপা দিবৈমংবৌনা হায়রম্মী—চহি লোইরকপদা মরু ওইনা হকাপা অমম্বুং হপাবা কুমৈ তৌই। হকাপদা থুনগী পাথং লৈশা মথল মথা অমাবা চেমবা চোংবা মুঙ হনবমচিংবা তাবৈ

অংগোইবনা খুনগী অহল লমনবু পীজ পিথকবৈ। ওক-প্রজপা য়েন হাত্তুনা হগাবদ; লাকুদবা চহিগী অফ কত্তা চাংয়েংবৈ—মরু ওইনা তেন কাপ্তুনা অয়েকপা উ অমদা মকম চাবা পানবা তারৈ।

য়োংমৈ কবুই মরক্তা তেন কাপ্পগী মতম্তা তা লংবৈ। উগী মছুত্তা লফু য়ুংলগা তৌবৈ হায়না ঐনা য়ুংবা চংপদা তারকথি। হাগাববু য়োংমৈ কবুইনা লোমি কাপ্পা নত্রগা খুলোতথা কৌবৈ। খোংজারোন য়োংমৈকবুই শিংনমু অমুয়া হায়। হাগাবা অসি লেংমৈ কবুই লক্কমু চংবৈ

মথংদা "নাবৈংতিং" নত্রগ "নাছুংপ" 'মুমিত্তা খুনগী অভাং পুম্বা মনা হুংলি। "রু হালোকতেনবা" নএগা মিংহিথকপা হায়বা অমম্ম বৈ। মসিদি অভাং পোকপা মতুং বনি চনবদা তৌবৈ। মসিদা অভাং অছুগী মমিং থোক্লি—মুমিং অসিদ অভাং পোকলিবা ইমুং অছুবা. হাংপা শা তা উচেক পুম্নক খুনগী মুপী হমুবী শিংদা লোইনা পীজ পীথকই।

অমুয়া রায়ী শানা শানা লাকপনা খুল্লাকপগী য়ুম য়োরে। খুল্লাকপগী ইমুং খুংগী মতুংদা থম হেন্না চাউবা মুমনি। য়ায়া তরু তরুই। ফুংগা নাক্তা কমছুনা অচম্বা চা লগ.অমা থকলম্মী। ঐহোক্তা থতবিহুনা হংলুবদা দিরেরংবোনা তায়রম্মী। য়েন্মী কবুই লকদি খ্বাইদগী অতোমবা মচা মুপানা মপাগী সম পুবা কংই। মুপীদি উত্তরাধিকারী ওইনবে। অছুগা কনাগুবা মপা লমকনা মচা অতোমবু সম থিংবা ওমদে উত্তরাধিকারী ওইহনবা

চমদে। অদুগা মাগী লম্বুম অদুদি মপা অমুনা মচা অতৈদম্ব য়েন্নবীরম্বা য়াই। মরমদি পোৎকী মপুনা মশা হিংলিন্তৈদা মাগী মমন মথুম পুম্বা পীথোক য়েন্থোকলম্বা য়াই। করিগুম্বা মচা মুপা পোক্লবদি মাগী মনাও মুপানঃ অদুগা মনাও মুপা লৈজগনা ময়াম্বনা সম্ব কংই। মচা মুপাস্ম পোক্লবা মচীন মনাওস্ম লৈব্রবদি মহাক্কী মথুরা অতোনবনা মরল মথুমগী সত্বাধিকারী ওইগনি।

হন্নকদে—ঐখোইগী থুংফমদা। মতম অদুদা মথক্তা লৈবা মুম খরহগী এগ্রিকল্চরদগী ঈশৈ পাওনচিংবা তারম্মী। খুনদগী পংলাপ লাব্রবঃ মুক্তং চৎকম লম্বীদা অমৌবা মুম খর শাবা উরম্মী। মদু হংলুবদা নাগা অন্দরগ্রাউণ্ডগী কেম্পনি চায়। মতম অদুদা মখোয় নাগা অন্দরগ্রাউণ্ড সিফায় য়াংথৈ মুক্তা মখোয়গী কেপ্টেননি হায়বা সুইলাক হায়বা অমগা লৈ হায়। মখোয়গী মরক্তা খরস্ম ঐখোয়গী থুংফম্নচিংবা য়েংবা লাকলম্মী অহিং লেপ্লে। অমুক অতনবদা খুনগী মকম খর য়েংবা চৎপদা নাগা অন্দরগ্রাউণ্ডগী কেপ্টেন সুইলাক অদুস্ম খুন কোয়রকপদা ঐপা থেংনরম্মী। খোইনা তাংন শকনবা তৌদনা চৎনখি।

খুদোক শদা ঐবা গুরুং য়েংলুসি হায়রবদা য়াম্না থাপথ্রে লম্বীস্ম লৈত্রে অদুন ওইদুগ্রে নোংমা লেকত্রবদি য়ারোই হায়রম্মী। ঐগী প্রোগ্রামদা অহিং হোল্ট তৌবগী মতম লৈরমদে। অদুনা অদুক য়াম্না য়েংশিনবা গুরুং অদু য়েংদনা হন্নকপা তারম্মী। মতম অসিদা লিংথিজম্মী রাউন্ড রার্থকী য়েরে। অনডিভিজিটেড্

মাগুলোং মনিপুরগী লোইথম সিমানানি। মথাদা লৈবা হেলাইকী ভুরেল লাম্নগা নাগালেন্দগী খুন ইঙ্খাত্তনা, ইনভুনা লৈশ্রে। মতম অহুদা হারাকাগী কেম্প লৈসু হায়রম্মী। য়েংখিবদা বাগা 'লন্দগী খুনশিং তামনা তাখিবা উরম্মী। ঐখোই অমুক চংগা হৌরম্মী—ইম্ফালগী লম্বীদা। মাগুলোং কেহৌরে—ঐনা য়েংনিংবা আশান্নু থুংদনা লাকলে। থম্লম্মী নোংমদি শোইদনা য়েংলখিনি পাইদেলুনা লোংখিবা ওরুং।

মুংখিল পুংমরি রোম তাবদা ইম্ফাদ থুংলে। লেংমৈ কনুই খুরি তাকুট, লেগা খুরাকপা ২না ওকলম্মী। অহিং লেরে রারী রাতাই শানা। মথংগী মুমিত্তা লাকলে তানিংজম তয়া ইমেম খুন কাওহুনা। ইনেম—লেংমৈ খুন্দা চাইহাক পোখারে। মখোয়গী খুন্দা "হাগাবা" তৌখিবগী তেল ময়াম উদ মুংহুনা লৈবা খেংনরম্মী। জেমী লেংমৈ মুপা মুপী পাখং লৈশাশিং সুহবগী অশেংবা মওংদা হৈনরব কাবুগা য়ামনা খেন্নরম্মী। খোইদোকা খৃষ্টান ওইরবা য়োংমৈ মকসু কন য়াম্না খেন্না উই। ঐনা তম্বা উরম্মী—পাখং লৈশা মুপা মুপীশিংনা মপান খোকপা ঈশিং চংশনচিংবদা খোইনা ইকায়নবা শঙ্গে ইবা লৈনদে। মীত্তাপকী ময়াংদসু মচু মতাই। মচু উবদা ঐনা থম্লম্মী করাদা চমখ্রবা—প্রাকৃতিগ কয়ানা হেন্না নকশিন্নরিবা। অতুগা অমনা অমুক য়াম্না মমুং ওইখ্রবা লমদা আমেরিকা বাপটিষ্ট খৃষ্টান শিংনা য়োরম্বা খুন থুমিংদা খৃষ্টান লাইশং লিংখৎলম্বা থাগত্তবা তমদে মখোয়গী নোম্বা কান্নবা অহুগা পুক্রীংদা হুত্তাইতবসু পোকলম্মী—মখোয়সিননি হায়গী

চৎনরকপা মপা মপুগী লোনচৎ পুম্নক মাঙহনলকলিবা। থর লৈরবদি থেংনররোই চমলবা জেমী লেংহৈ। চম্নবা জেমী লেংহৈ হুপা হুপী লৈশা পাথং সহরগী অকে অযৌ মীতোতরগী হরা চুজিবা প্রকৃতিগী মচা ভশেংবশিং লৈহৌরে মাগী মাগী হোকম লৈকমদা—প্রকৃতিগী ফজবা মরক্তা।

মথংদা য়ৌরে তানিংজম, খুম্নাকপা খুনপীংনা ওকলম্মী; যজোম কপ অমা থুংবগা লানশিন্নমই। তানিংজম খৃষ্টান ওইরে। অমিবগী খুদম লৈত্রে। অহিং লেপ্পগা ফেংদো' খুন ফাওহুনা নামতিরাম লেংহৈ খুন য়োরকলে। নামতিরামহু খৃষ্টান ওইরবনা অনৌবা মওং মক্তা ওইখ্রে। খুম্নাকপা লুচা পাওগীদা থুংলে। মুংদাং অহুদি সি, আর, পী কেম্পতা সুবদার পৃথারাম অমসুং জমাদার জযরন্তশিংগা চাক চামিন্নরম্মী।

নোং তাম্নবদা আজুরাম য়োংহৈ কবুই খুন ফাওহুনা শরাম্বা তারকলে। আজুরামদা নাগা অন্দরগ্রাউন্দগী রাজোপীমুনি চারবা নেখোন হায়বহু থেংনরম্মী। শরাম্বা য়ৌরে খুম্নাকপা দেকুইপাওগী মুমদা অহিং লেপ্লে। মথংগী অমুক্তা বরাক লাম্নগা তবেংলোং খুনজাও তারহুনা মুমিৎ তারমদাইদা লাম্বাং য়ৌরে।

মতম থর থাদোকলুরবা তুংদা ঐগী মুম বাঙ্গালাদা অমা পোখোহুনা পোখাবা কংলে—অহুবু থম্নম্মী—করম্বা মতমদা পাইদেলুনা লোংথিবা মাণ্ডলোংগী তুরুং উপবা ?

লোই



ঙহবগী হান্না ফোঙখ্রবা

রাখল শৈরেং

শৈরেং ( সন্নেট ) কয়ামরুম পূনশিনবা

শংবানবী

নায়কা নায়িকাগীদমক তেংথাজবা শৈরেং

নির্ম্মল যমুনা

রারী মচা

লৌনম চাওবী লৈরাং — শৈরেং

থম্মোই বিনা — শৈরেং

রোমকুদা শিকার — রারী মচা